জে: এস: কোন্সমগী

টঁম্মং লৈসম্মিং

# লৈদো শাংখিদো




ইমাখোল পব্লিকেসন্স, মণিপুর
(ইরমদম মীয়ামগী অপূনবা খোর্জেই লূপ)
অরাং পোংশংবম, ইম্ফাল ইষ্ট

# LEIDO SHATKHIDO

(A collection of 74 poems)




আফোঙবা : ইমাখোল,
বাং পোৎশংবম

অইবা : জে: এস: কোন্সম
খুরাই কোন্সম লৈকাই, ইম্ফাল ইষ্ট

অহানবা [illegible] : সেপ্টেম্বর, [illegible]

মখুল য়েবপা : [illegible],
খুরাই লম্লোং বাজার, ইম্ফাল ইষ্ট



কোপী মশিং : ৫০০

মমল : লু : ৯৬/-

নম্ফম : লৈমহল প্রেস
খুরাই লম্লোং কৈথেল, উখ্রুল রোড, ইম্ফাল ইস্ট

# সেক্রেটরিগী ৱারোল

ইরমদম মীয়ামগী অপুনবা খোর্জেই লূপ (ইমাখোল) ইরমদম অসিগী ইববু পামজবা অইবা অইবীশিং পুনশিন্দুনা শেমজখিবা সাহিত্যগী লূপ অমনি। শক ২০০৩ গী মার্চ ২৩ দা শেমখিবা সাহিত্যগী লূপ অসিগী মপুং ওইবা পান্দমদি ইববু পামজবা অদুগা ফোঙদোকপদি ঙমজদবা অইবা অইবীশিংবু পূক্নীং থৌগৎচবগা লোয়ননা মখোয়না ইজরিবশিং অদু মীয়ামদা ফোঙদোক্লবা হোৎনজবনি। পান্দম অসিগী মখাদা লূপ অসিনা শৈরেংগী লাইরিক ১৪ (তরামরি), ৱারীমচাগী ৪ (মরি), প্লেগী (২ অনী), Guide Book - ১ (অমা), পাউরৌ পাউতাক্কী ওইবা ১ (অমা), ফুঙ্গা ৱারী ১ (অমা) পুন্না লাইরিক ২৩ (কুনহুমদোই) পুথোকখ্রে। লূপ অসিনা পুথোকচরিবা লাইরিকশিংগী অনেম অৱাংগী পান্দমদি পাবীরিবশিংতনা লেপ্লীগনি। হন্দক ইমাখোলনা পুথোকচরিবা 'লৈদো শাৎখিদো' হায়না মিংথোনবা শৈরেংগী লাইরিক অসিগী অইবা জে এস কোন্সম নৌনা শক তাক্লীঙাই ওইদ্রবব' খঞ্জে। শক ২০০৬ তা অহানবা ওইনা 'তেংথারোল'গা লোযননা শাফোঙলকখিবা জে এস কোন্সম ২০০৯ হৌজিক ফাওবদা ফোঙলিবা লাইরিকসি থারগা শৈরেংগী লাইরিক মঙা, ৱারীমচাগী লাইরিক ১ পুন্না লাইরিক ৬ পুথোক্লুনা মণিপুরি সাহিত্যবু সেবা তৌজবিবা অইবনি। জে এস কোন্সম সাহিত্যবু পামজবা হোৎনবা কনবা অইবনি। মনিপুর সরকারগী ইলেক্ট্রিসিটি ডিপার্টমেন্টতা একজেক্যুটিভ ইঞ্জিনিযার অমা ওইবগী চীল্লবা থৌ পুনা পুনা তেল্লবা মতম অসিদা লাইবিক তরুক পুথোকপা অসিমক অবায়বা নত্তে। অইবগী লোল চম্মী, হায়নীংলিবা খূদিংমক লৌথুপ লৌকোয় লৈতনা হায়দোকই।

অইবা মশাগী ওইনা তরুকশুবা খুদোল ওইজরিবা 'লৈদো শাৎখিদো', সাহিত্যবু নুংশিবীবা খূদিংমক্কী মফমদা পাবীনবা অর্মদ নৈনবীনবা হায়জবগা লোযননা ইমাখোলগী মহুৎ শিনজদুনা কোক নোন্না শিন্নর্জার ।।

তাং ১০/৯/২০০৯

তোনজম সরোজিনী
জেনেরেল সেক্রেটরি
ইমাখোল

# অইবনা লমন তোনশিঞ্জবা

লাইবিক অসি ২০০৯গী জুলাইগী অনিশুবা তঙ্খায়দগী সেপটেম্বরগী অহানবা তঙ্খায় ফাওবগী অতেনবা মতম অসিদা ফোঙনবা হোৎনজখিবনি অমদি ফোঙজবিবনি। অবান-অহুই খবদি যাওবমগনি চিংনজে। হাপলোইদবনা হাপখিবা, হাপকদবনা চিথহৌবা অসিনচিংবা। লাইবিকসিবু পাবীবিবা, নৈনবীবিবা সাহিত্যকাবশিং, সাহিত্যপ্রেমীশিং অমদি ক্রিটিকশিংনা(নৈনবোয়শিংনা) ঙাকপীনবা অইবনা থম্মোই শেংনা নোল্লুকচবি।

অহানবদা অব্রাবা শকক কয়া য়াবিখিবা 'ইমাখোল পব্লিকেসন্স'গী জেনেবেল সেক্রেটবি তোনজম সবোজিনি, প্রসিদেন্ট ডা: চিঙ্গাংবম চন্দ্রকলা অমসুং 'ইমাখোল' গী অতৈ মেম্ববশিং পুম্নমক্তা লাইবিক অসি ফোঙনবা হোৎনবদা থৌনা কয়া, লমজিং কয় পীবিবকপগীদমক পুক্নিগী ওইবা চাউববা লমনশিংসু অইবনা তোনশিঞ্জবে।

অমুকসু লাইবিক অসি ফোঙনবা হোৎনবদা অচৌবা থৌদাং যাবীখিবা খুবাই লম্লোং কৈথেলদা লৈবা লৈমহল প্রেস কী প্রোপ্রাইটব ঐগী ইনাউ ইবুংঙো থৌদাম কান্তা সিংহ লোযননা কম্পুটব পেজ মেকব তৌবিখিবা থৌদাম শ্রীতনকুমাব (নাওচা) অমদি প্রিন্টিং কম বাইন্দিং সেক্সন্দা লৈবীবিবশিং মিং ওইনা পঞ্জববদা ব্রাহ্মেংবম ইবেতোন দেবী, ওইনাম জিবন মীতৈ অমসুং খোয়বোম প্রেমকান্ত(বুংঙো) পুম্নমক্কী মফমদা পুক্নিগী শিংবা ঙন্নবোইদবা লমন তোনশিঞ্জববনি।

ইবোই লোইবদা লাইবিক অসিদা মবম কযাদা লানখিবা বানানদা খঙদে, ব্রাহে বাতাদা খঙদে লানখিবশিং থেংনবি-বদি অইবা মশামক্তা নৎত্রগা 'ইমাখোল পব্লিকেসন্স', অবাং পোৎশংবম খুনৌদা ইবগা নৎত্রগা পাউ ওইনা পীবিবক্লবদি তবাম্ন ালৌজগনি অমদি মথংগী খুৎনমদা চুমথোকচগনি।

তাং ৯-৯-২০০৯ — জে এস কোজম

# অইবগী চোয়রোল

লাইরিক অসি ফোংলবদা অইবনা চোয়রোল লোল্লি ঃ

নীংতম ঈহৌরীবশীংদা:

হে নুংশিজরবা ঈ-মক্নপশিং !

'ঐখোয়' কনানো ? নীংতম ঈহৌরীবশিংনা তত্তনা শিজিন্নবিবা 'ঐখোয়' অসি কনানো? 'ঐখোয়'দা কনা কনা য়াওরী, কনা কনা য়াওদে । নেপালি, বিহারি বাঙ্গালি য়াওববা? কুকি, নাগা, মৈতৈ পাঙল য়াওবরা? য়ানববা 'ঐখোয়' গী মশক তাক্তনা ('ঐখোয়'গী দির্ফিনিসন পীদনা) 'ঐখোয়' হায়বীগনু । 'ঐখোয়'বু মশক খঙদনা, মশক লেপতনা কবম্না নীংতম - ঈহৌগদৌবিবনো ? নিংথৌ পাল্লিঙৈগী অদুগুম্বা 'মনিপুর' অমা কনানা পুবকপা ঙমগনি অমগা অমগা য়ানদ্রবা লূপ নখোয়না । অদুগুম্বা 'মনিপুর' অদু থুগায়সি হায়বগনা মচেৎ মশিং কয়াদা লেপ্লববগে ?

হে নুংশিজববা ঈ-মক্নপশিং!

নখোযগী পান্দম, পম্বুংফম কবিনো? লৈতে । লৈববসু য়ানববোইদবা পান্দমনি, পম্বুংফমনি । অদুনা নখোযনা তৌবিবসি 'আব' নত্তে । 'আব' মানবা 'আব' গী মায়োক্তা লেপ্লা অকনবা শাক্তি খবনি । ঐ পুম্নমক চোয়বোল লোনবা কি - - - - ঐ তশেংনা কি । তৌইগুম্বসুং মসি খূৎলিংনা লৈববা 'ক্রাইম' তৌবদা হালেংবা লৈত্রবা খুনাইশিংবু ওৎলিবা পোৎশক অমা ওইবিবা 'আব' নত্রা 'আব' মানবশিংনা 'আব' নি হায়ববদি ।

'আব' অসিগী পান্দমবু কবিনো ? নুংশিনবগী 'আব' বা ? মীহাৎ মীপূনগী 'আব' বা? থাদবক্লিবা লুপা খাউজাউ, সনা খাউজাউ মুন্নবগী 'আব' ওইবোইদ্রা ?

'আব'দা নমদুনা মুনব, নমদুনা লৌবা, নমদুনা 'আব' ওইহনবা যাদে । 'আব' দা হুন্নাল্লকপা শেল নত্রগা সনা লুপা নত্রগা খূৎশু খূৎলায় মথৌ তাদে ।। অতোপ্পদগী লাক্লকপা নোংমৈ মথৌ তাদে । 'আব' দা যাম্না মথৌ তাবিবদি ঈ অমসুং প্রজাগী খোল্লাউ অদুনি । মদুতদা 'আব' গী পান্দম যৌগনি অমসুং ফংগনি ।

নীংতম্ববু পামদবা কনা লৈবগে? নোংমৈ পাযবখক্তনা মবৈবাক নুংশিববা? কলম পায়বা নখোযাদ / ঐখোযদি মবৈবাক নুংশিদ্রববা ? তম্মীয়ু মকোক মকোকশিং অদুদা নহাক্রা / নখোযনা তৌবিবসি 'আব' নত্তে হাযবকই হায়না ।

অপাবশীংদা:

ঐখোয কবি তৌবা তায় ? ঐখোয় 'আব' মানবশিংগী মখূৎ অসি পুনশিনবা তায । নুংশিনা থেমল-থেমলগা মখোয়বু লাইবিক তমহনবা তায়, লাইবিক তম্বীবা তায । পৃথিবিবুসু মশক খঙহনবা তায 'ঐখোয়' কনানো হাযবসি । পৃথিবিদা শান্নবনা ঐখোযবু শক তাকপগুম লাইবিক হৈবেনসু শক তাক্লসি ঐখোয়না ঐখোযবু মালেমসিদা ।।

শান্তি কবম্না ফংগনি ? কাউগনু লাইবিক হৈববদি শান্তি ফংগনি অমদি ফংবনি । মেট্রিক পাস তৌবগা লাইবিক হৈবা চিংদবনি । লাইবিক হৈববদি লাইবিক তম্বীবা ওম্বা তায — মখল খৃদিংমক্কী লাইবিক তম্বীবা ওম্বা তায় । মীতোপ যাউদনা ঐখোয মশেন মখল খৃদিংমক্কী লাইবিক তম্বীবা ওম্বা তায । ঐখোয় 'জাপান'বু তম্বীগনি, 'অমেরিকা'সু তম্বীগনি, 'রুশিয়া'সু, 'জর্ম্মন'সু ।। মখোযবু লাইবিক তম্বীগে হাযববদি মখোযনা হৈবদু ঐখোযনা হৈবা তায় । মখোযনা হৈতবা মযাম অমা ঐখোযনা হৈবা তায । ঐখোযনা মখোযদগী হেন্না হৈবা তায । মদুগী মতম অদু য়ৌবক্লবা মতমদা ঐখোয শান্তি ফংগনি । মতমদুদা নাগা, কুকি, মৈতৈগী খেন্নবা লৈববোয । 'নাগা ইন্টিগ্রিটি'গী অর্থ লৈববোয । খুনাইগী 'ডিক্সনারি'দা মখোয়গী মফম লৈববোই । ইমা লৈবাক, মীমা লৈবাক খেন্নবা পঙলৈ লৈবোয ।

ডিকেড অহুম, মবি অসি ঐখোযগীদি লাইবক থীববা ডিকের্ডান । তৌজাক্ত ঐখোয কাখোকপা মথৌ তায । নোংমৈ মকুনা ঐখোযগী থম্মোযবু নিকর্হল্লিনা অসিস থৌনা ফনা মাখোক্লবণা চপচাবা মতম যৌববনি ।

'আ' ' ম নবাশংগী পেন্দবশিং, অব্রাৎপশিং শাক্ত পাযবাশংনা চপ চানা হঙ্গজনবাদুনা মখোযবু অবানবা লম্বীদগী হন্দোকহন্নবা হোৎনবা মতম হেন্দোকহুর্বনি হায বা যাবে ।

অবোযবদা হৌর্জিক্তি খৃৎলাইগী 'আব' তৌগদবা নত্রে, ব্রাংবদগী বাংলবা মহৈ মশিংগী (Quality & Extreme Education গী) 'আব' তৌগদবা মতর্মান । অসি গুম্বা মখলগী 'আব'না শোযদনা নুংশিববা ইমা লৈবাক আসদা নাং ওম্বা পুবক্কনি ।। ঐখোয বাংবদগী ব্রাংলবা মহৈ-মশিংগী 'আব' মিরুপ আসদগী হৌবাস ।।

তাং ১০/৯/২০০৯

চোযবোল লোল্লিবা

**জে এস কোন্সম**

# য়াওফম তাকপা

( ১ )

# লৈদো শাংখিদো

লৈপাক্সীদো লৈ শাংতে
ঈশিং চায় শাংতে
মখল মখলগী হার হাপ্পী শাংতে
লৈপাক্সীদো লৈ শুংশাং শাংতে
বসন্তদসু, কালেনদসু, ইংথমথাংদসু, নাকেন্থাদসু;
অফাওবা মায়চৌ অমনা হায়বীরম্মী লৈপুদুদা
হিরো অমা লাক্কনি খুলসিদা
মতমদুদা লৈপাক্সীদো লৈ অমথক শাংকনি
তইং তইং, তরং তরং ।।

মালেমগী হিরো কয়া লাকখি খুলদুদা
লৈপাক্সীদো লৈ শাংহনগনি হায়দুনা;
অদুবু লৈদি শাংতে
করম্বা মায়চৌনা চিষ্টীবা!
মশা ফৈ হিরোশিংদু
খুদাং, পাম্বোম ফৈ,
ফৈগন, খুবোম ফৈ
থবাক মতা ফৈ
ফত্তবা য়াওদে লোয়না ফৈ ;
মশক-মউ, মওং-মতৌ ফৈ
মিৎযেং শাজৎসু ফৈ
অদুবু লৈদি শাংতে ।।

নোংমদি ইখঙ খঙহৌদবা খুলদুদা
মৈ হৌরকখি — মৈজাউদা মৈজাউনি
ঙুং ঙুং ঙংনা চাকখৎলকখি
য়ুম অমদগী য়ুম অমা লান্দুনা
চক্র-ঈগী য়ুম মচাশিংনি;
মৌনহা অমা কপ্পা কপ্পা চেঙ্থোরকখি
অমতা পোকচবা মচাদু মৈরক্তা
লৈহৌবগী পাউ তম্ল-তম্লদুনা;
কনামতা মৈরক্তুদা চঙশিনবা ঙম্লখিদে
মরাইবক থীরবা অঙাংদু কন্নবা।।

মশক থীবা, মী মান্দবা, হিরো মান্দবা
য়াঙ্গংবা পাখঙ অমা ফাওরকখি তাঞ্জাদুদা খুলদুদা
চঙশিনখি মৈরিনা য়োম্লবা মৈরক ফাওদুনা
মশাগী পুন্সি শিবা চঙবা খঙদনা;
পুথোরকখি অঙাংদু মৈশা লাংহন্দনা
মশাদা ফাওরিবা মৈশা-মৈরি কয়া খাঙনা
শিন্নখি অঙাংদু কপ্লিবী অপোকপী মমাদুদা;
মতমদুদা লৈপাম্বীদুদা লৈ অমা
লৈনম্মা মায়কৈ শিঙ্খুংনা ফুগায়রদুনা
লৈদো শাংখিদো!!

## (২)

# ইরোম চনু শর্মিলা

শর্মিলা! — ইরোম চনু শর্মিলা
নহাক্তি অঙাওবীনি নহাকপু খণ্ডবশিংগীদি
নহাক্তি ঈশ্বরনি নহাকপু খণ্ডবশিংগীদি;
নহাক্তি ইতিহাসনি ঙসিগী মঙাল মনিপুরগী
নহাক্তি ফিদমনি ঙসিগী মৈতৈ নুপীশিংগী;
নহাক্তি ইজ্জৎনি তোল্ল-তার, লাইব-অনংশিংগী
ভারতকীসু, পৃথিবীগীসু, মালেমগীসু
পিক্লবা মণিপুর ঐখোয়গীসু।।

ঙাওদ- ঙাওববী অঙাওবী কৌখি নহাকপু
সোনো চুবীনি হাযখি নহাকপু
নহাক্কী বর্তনা মপূং ফাদ্রিঙৈ
নহাসু অহনসু নমান্নবীসু পুম্নমক্লা।।

শর্মিলা নহাক শক্তিনি
শর্মিলা নহাক ভক্তিনি
শর্মিলা নহাক মুক্তিনি
শর্মিলা নহাক পুম্নমক্কী ঈশ্বরনি।।

নহাক্তি বিশ্বপ্রেমগী মশক্নি
নহাক্তি প্রতিভা লৈবীনি
নহাক্তি মঙাল লৈবীনি
নহাক্তি মশেক নাইবীনি।।

য়েল্লিনে শান্তিগী পাউজেল
খোঞ্জেলদি ইথোক-থোক্তনা
লিংজেলনা নহাক্কী খাঙবা-কনবগী
বর্তনা নহাক্কী কখোক্লবা
তপস্যানা নহাক্কী লেঙদ্রবা ॥

খা থংবা এশিয়াদা
ভারতকী নোংপোক চিদায়দা
মণিপুর কৌবী লৈবাক্কী
ইরোম শাগৈদা পোকখিবী
ইম্ফাল কৌবী লমদমদা পোকখিবী
হো ইরোম চনু শর্মিলা নহাক
মহাত্মানি ২১শুবা শতাব্দিগী ॥

---

## (৩)

## মাঙ তেনশিল্লক্লে

শুববসু শুদ্রবসু য়েংলবসু য়েংদ্রবসু
নোক্লবসু নোক্রুবসু কপ্লবসু কপত্রবসু
ঈশ্ববদা নিজববসু নিজদ্রবসু
শেল লখা পাযববসু পায়দ্রবসু
তেনশিল্লক্লে অসুম অসুম
পুন্সি অসি মাঙ তেনশিল্লক্লে !!

উবগুমসু তৌবি কৃগী মপৈ মপৈ
যৌবগুমসু তৌবি মোংফম;
সুম সুম খঞ্জিল্লুবগা —
স্বব শাংনা শাংনা হোল্লিবা
কবিগীনো 'সিবো — শোয়দ্রমানে
তেনশিল্লক্লে অসুম অসুম
পুন্সি অসি মাঙ তেনশিল্লক্লে !!

নিজববসু ইশ্বব মাগী খৃযাখাদা
পুন্সি শাংননবা, অমব খৃভম ফংননবা
চেকশিঞ্জববসু নুংশিজববা হকচাং অসে
যোগাশনগী শাজেল-সাধনা কযানা
তেনশিল্লক্লে অসুম অসুম
পুন্সি অসি মাঙ তেনশিল্লক্লে !!

---

(৪)

# য়ৌহন্নীংদ্রবা পম্বুং

পম্বুং অমগীনি মীওইবনা ঙাইনবিবসি
লম্বী মফাং মফাং চৎনবিবা
মাইওন জাৎ জাৎ ওন্নবিবা
অবোইবদা অবোইবা পম্বুংদু ফংননবা।।

খাঙুথক্কী পম্বুং খেন্নে অমগা অমগা
ঙসিগী নোংমগী ওইবা পম্বুংদুসু
মান্নদে, তিন্নদে অমগা অমগা;
হযেংগী মঙনবিবা পম্বুংসু
মখল মথেন্নি মান্নববোইদবা
অবোইবা পম্বুংদুদি মান্নেনে
অমগা অমগা খৃদিংগা খৃদিংগা।।

ওইবম্লে অবোইবা পম্বুং অসে —
খল্লু খল্লুবগা — য়ৌহন্নীদ্রবা পম্বুং
অবোইবা পম্বুংনি মীওইবা খৃদিংমক্কী
লাইবৈবাক হায়ববা, যমলৈবাক হায়ববা
চঙনা স্বর্গ কাবনি হায়ববা
পাপ পুদুনা চৎপনি হায়ববা
ওইবম্লে পম্বুং অসে —
খল্লু খল্লুবগা — য়ৌহন্নীদ্রবা পম্বুং।।

## (৫)
## কেক্রুপাৎ

কেক্রুপাৎ!
থব্রায় হাপ্লবা অহিংবা পাৎ
থব্রায় কযা কয়ানা মচু শংলবা পাৎ
ঙমখৈ মমল তাক্লিবা ঙমখৈপাৎ
থম্মোই কযা নীঙ্খাযখ্রবা পাৎ!!

কেক্রুপাৎ!
কাউববোই নহাকপুদি মণিপুরি জাতিনা
কাউববোই নহাকপুদি মীওইবা জাতিনা
জুন থাগী ১৮শুবা চৈচৎনা লৈবিবমখৈ
কেক্রুপাৎ নহাকসে ওনখ্রবনি
'১৮শুবা জুনগী থৌদোক'!!

কেক্রুপাৎ!
কেকু লোৎপী পাৎ !
মবৈবাক নীংবা-নীংবী কযাগী ঈখেং
লোৎখি পাৎ'সিদা মোমোন মীনোক্তা
কেকু ফোংলো ফোংলো হায়দুনা।।

কেক্রুপাৎ!
নহাক্না ঙাইবল্লি ২১শুবা শতাবদিগী
কাউবা লৈববোইদবা থৌদোক অদুতবু
নহাক্কী ইং-তপ্লবা ঈপাকথক্কী ব্রাবী ওইননবা
নহাক্কী কোইশিল্লিবা তোর্ব্বানগী লৈতেং ওইননবা।।

কেক্রুপাৎ!
পিকচববসু পাৎনি — মতিক-মগুণ লৈববা
খগুবিদ্রবসু পাৎনি — মতিক-ময়ায় কল্লবা
শাযোল্লবো মিৎকুপ'সিমক পাৎসি'দৈ
অথৌবা অথৌবী কযা
মবৈবাক নীংবা-নীংবী কয়া
মেনশিনবীনবা মযি চৎলবা ইমাগী শক্তমবু
লংহনবীনবা মমি-শামিববা ইমাগী শক্তমবু॥

কেক্রুপাৎ!
নহাক্না তাক্কুনা লৈবক্লি
ইমাগী ঙমখৈ কাযবা যাবোই হায়না;
নহাক্না উৎতুনা লৈবক্লি থুগায়বা য়াবোই হাযনা
জাতিগী একতাবু, বেসিযেল ইন্টিগ্রিটিবু॥

চীংশাং পবেংনা চীংমীবু ঙাক্লিবা
তুবেল অমদি পাৎনা তম্মীবু ঙাক্লিবা
চীং অমদি তুবেলনা অনীগী অমত্তবু তাক্লিবা
পুন্নমক্কী মমি তাবি কেক্রুপাৎ নঙোন্দা॥

মবৈবাক নীংবা কযাগী লেপত্রবা পিবাংনা
কাযনখি'বৈ খকপা লৈত্রবা শেংলবা পিবাংনা
লাইজ-ঈপাক শেল্লবা পাৎনি – কেক্রুপাৎ!
শেংলবা পিবাংগী ঈপাক্লি — ইমাগীদমক কৎচববা॥

## (৬)

# মুর্ত্তি

মুর্ত্তি অদুদা —
থৈবোংনা শাবা মুর্ত্তি অদুদা
কবিনো খব নিখি অমা লাক্লগা
অমসু লাকখি কবিনো খব পুদুনা
কবি কবিনো খব নিখি
নিনীংবশিং শোল্ল-শোল্লদুনা
মিৎলু পিবাং শিন্থবমখৈ
পুক্লীং শক্তি পীথোকপমখৈ;
অমা লাকখি, অনী লাকখি
মশিং থিঙমদনা লাকখি।।

ঙসিগী বাদা নত্তে লাক্লবিবসি
ঙবাংসু নহানসু হাকুমসু লাক্লখি
কবি কবিনো নিনখি, পঙনিদা নিনখি;
হায়দোক্লদে অমনা অমদা
শোয়দনা খঙগনি নিনবিবশিংদু মুর্ত্তিদুনদি;
হয়েংসু হংচিৎসু মথংসু লাক্লগনি
কবিনো খব নিনবনি শোয়দনমক;
পুন্নমক থাজে মানা মানা থাজফম থোকপা
মুর্ত্তিনা মহুৎ শিন্নিবা মহাকপু
মানা মানা থাজনবিবা অদুমক;
অশিবা থৈবোংনা শাবা মুর্ত্তিদু
খল্লমগদবা মাল্লি কবিনো'মা!!

মখল কয়াগী পিরাং কয়া কয়ানা
পূল্লীং শক্তি কয়া কয়ানা
থম্মোই ইহুল কয়া কয়ানা
থৱায় হাপ্লবা শক্তি চেল্লবা মুর্তিনি
নীংজমল ফংহল্লগে লেপ্লবা মুর্তিনি
নিজমল পীরগে লেপ্লবা মুর্তিনি;
অশিবা থৈবোং নত্তে, অহিংবনি
ঙমগদরা লংথোকপা মুর্তিসে
থৌনা ফবা কনানা
লাইগী শক্তি চেনবা কনানা
অঙম্বা কনাগী মচা মশুনা
লুখাক কোম অমদা!!

(৭)

## মণিপুর কনসি

ঙরাংনা চাউবা ঙরাংজাউ
ঙসিনা তাং তৌবা ঙসিতাং
হয়েংনা পিকপা হয়েংনাও
মঙক্লা তেন খজাইনা শাং
খূকউনা শুপ ময়াযনা পোঙ
মমিংনা উদে, মনানা তাদে
হো মণিপুবগী অচৌবা!
মণিপুর কনসি।।

ঙরাংনা শোয়বা ঙবাংশোয়
ঙসিনা পোংবা ঙসিপোং
হয়েংনা করিহুবা হয়েংহু
নশাবু কন্ননবা সিফাইবু ঙাক
নশাবু ব্রাংননবা খঙনববু হাং
অকংবা উরগা দোলাইদগী ফন
অপেৎপা উরগা মনমবু শুৎ
খঙদবরনে পায়বা, নম্বা য়াদে হায়বসে
হো মণিপুরগী অচৌবা!
মণিপুব কনসি।।

খম্ভুদবরা অচৌবা নহাকপু
থনম্লগা হৌদোকমিন্নরকপা সাইকল শো ফাওবা
চংখিগনি মীবম্লেন থাদোক্কুনা নোংমদি

নপোং নরল সনা-লুপাদি লাইরদনা
হো মণিপুরগী অচৌবা!
মণিপুর কনসি।।

নশাগীদমক মণিপুরবু মচেৎ মচেৎ য়োনবা
নশাগীদমক মণিপুরবু বন্ধব থম্বা
নচাগীদমক মীচাবু নমথবা
মীচাসু নচানি খণ্ডদবরা
পাল্লিবা মিৎ উদবরা
ফন্দোক্লিবা নাকোং তাদবরা
শাংলবা নরৈদা তিন চোরক্তবরা
মণিপুরগীদমক, মণিপুরগীদমক, মণিপুরগীদমক
হো মণিপুরগী অচৌবা!
মণিপুর কনসি।।

---

(৮)

## ঈচেল অমদি ঈপাক

চেম্বুরি লাইরবশিংনা ঈচেল শক্লা
নালাগুম্বা খোঙলমগুম্বা কয়াদগী ঈপাক তম্লা
ঙাইরম্লি ঈপাক্তা ইনাকখুনবশিংনা
য়োংকদবগী ঈচেল খৃদিংমকপু।।

ঈপাক্লা খৃংলাম তোইনা কৌথবক্লি —
'ঈচেলশা! লাউ লাউ চেম্বুবকউ লাউ
খব খব থুনা চেম্বুবকউ লাউ।'
ঙৈহাক্তা পনগে ঙমজদে ঈচেলশিংসে
শেন্দোয়গীদমক ঈবৈ ঙৈহাক শেম্বা নত্তনা।।

ঈচেলনি লাইরবশিংগী ঈচেল
ঈপাক্লি ইনাকখুনবশিংগী ঈপাক
ঈচেলনা তৌজবা পুম্নমক
ওইখিবা তাবনি ঈপাক্কীদমক;
কাউনবগুমসি পুম্নমক্লা রাহৈ খরসিদি —
'ঈচেলনা ঈপাক শেম্মি
ঈপাক্লা ঈচেল খঙদে'।।

---

(১)

## থরোইখুনবী

থরোইখুনবী — মতম অমগী থরোইখুনবী!
খামেন শেংগীরদুনা, ফিদা পীবীরদুনা
ঋাংনা থাঙ্গংগীরে নহাকসে
রাজদরবার য়ৌনা মকুহত্তো শক্তি লৈবনা;
অদুবু কাউদেদো নহাক্তি হেক্তা নীংশিংলকইদো
লৌরীথক্তা পোখাখিবা নশাত্তশিংগা
অদুঙৈ থবোই বোড়াগা লোয়ননা;
খাংদা খাংচেং হায়দুনা
কোকতা কোকয়েং থোংলদুনা;
হে থবোয়খুনবী!
পকশিনবা হেন্নিদা থরোয় খুনবনা॥

থবোইখুনবী — ইকাইজরেদা থরোইখুনবী
লৈমকোন্দা লৈমরেনশক্তা থাজংলুবা
ঋায়েল খুজি পায়হন্নপে খন্না
নোক্রুবীরে 'থরোইখুনবী, থরোইখুনবী'
লৈবাক পুংজাউ থিনবমখে;
নোংচুপ লাকপা মায়চৌশিংনসু
নোংপোক ওাকপা চীংশাংলাকপশিংনসু
অবাং ওমখে পনত্তাকপশিংনসু
খারম পুবা শানৌ নহাশিংনসু
অচুম-বিচার উরিবা ভাবকশিংনসু॥

খামেন শেংপশিংগী মরক্তা
নুপীলন্তগী নথম্ভা ঙাক্লি রাজদরবারদা
লৈঙাক-খায়েন ফনেক শেংলদুনা
য়েংকী পাম্বোমনি খঞ্জনা
মখুংস্তো শক্তি লৈবা মহাক্লদি;
অদুবু লাউরক্লি বাজবিদ্রোহীশিংনা
'থরোইখুনবী, থবোইখুনবী
হনখবো থরোইখুনবী — থরোই খুম্মুরো'।।

## (১০)
## নোটিশ

নোটিশ অমা থেৎলি
'ষন চঙবা য়াদে,
হূই চঙবা যাদে'
চাউববা ইঙ্খোল অমগী থোঙ্গান্দা॥

ইঙ্খোলদুদা —
অখঙবা ষন চঙদে
অখঙবা হূই চঙদে
যেংবীদে হন্না ফাওবা থোঙ্গানদুনা॥

মখাদা অমুক পিক্লা ইবি —
'মবুক তপ্লা ষনদূ নত্তে
মপু নীংবা হূইদু নত্তে;
ষনগী অপঙবা মতৌগুম
হূইগী ইন্নবী লমচৎকুম
ঈকাই খঙদবা মখোয়বুনি'॥

---

# (১১)

# পুম্নমক মীনম্বনি

অঙাং ফাবা তারি
নুপী হাংপা উবি
কিহল্লকপগী চৈথেং ফংলি;
অদুবু উবিবা তাবিবা ফংলিবা
পুম্নমক মীনম্বনি
মীনম্বা ওইববা সনা লৈবাক অসিদদি।।

নীংঙমদবা কযা ফাউবি
তাবিবা পাউদা থম্মোই শোক্লি
কাযনখিবা কযা কযাগীদমক নাহেবি
অদুবু ফাওবিবা, শোক্লিবা, নাহেবিবা
পুম্নমক মীনম্বনি
মীনম্বা ওইববা সনা লৈবাক অসিদদি।।

সনা লৈবাকনিনা সনানা যোম্লি পুম্নমক
নোংমৈ খোঞ্জেলসু, নুংশিবসু, তুক্কৎচবসু
সনাগী সনা ঙাক্তনি;
সনানা শাবা জাতিগী একতা মুন্নরি
থুগায় থুগায়দুনা, মচেৎ মচেৎ শেত্তুনা;
অদুবু ঐনদি হায়বি
পুম্নমক মীনম্বনি
মীনম্বা ওইরবা সনা লৈবাক অসিদদি।।

সনা লৈবাক অসিদা
মীনমদবা কবি লৈরিবগে
পাল্লিবা অঙম্বা নহাকসু মীনম্বনি
হিংলিবা প্রজা ঐখোয়সু মীনম্বনি
মদুগা লোযননা লৈমিন্নরিবা
অকোযবা, অযেকপা, অহাংবা, অমম্বা, অবংবা
অশংবা, অঙাংবা, অমুবা, অয়ানবা, অবাংবা
অথিবা, অপৈবা, অচুম্বা, অমনবা, অহনবা
অযো-নাহে, অপুম-অশা, অনা-অয়েক
পুন্নমক মীনম্বনি॥

---

## (১২)

## ঈচাউ অমতং

মণ্ডজবম্বা পামখিবনি
ঈচাউ অমতংগী মণ্ডলান অমা
তাউথখিনবা অমোৎপশিং, অপুম্বশিং, ঈখেংশিং
চেম্থখিনবা নোংমৈ, ভোম, তোপ, গ্রিনেডশিং
অদুগা লুপথখিনবা
শেংলবা পৃথি-ইমাগী ইবোন্নুংদা।।

অমুকসু মণ্ডজখিবা পামখিবনি
ঈচাউ অমতংগী মণ্ডলান অমা
লুপথখিনবা তংদু লৈতাদ্রবা পুন্সিশিং
চেম্থখিনবা অচুম্বা খঞ্জবা ভমদ্রবশিং
অদুগা মাওখিনবা
শেংলবা পৃথি-ইমাগী ইবোন্নুংদা।।

মণ্ডজবকপা পামখিবনি
ঈচাউ অমতংগী মণ্ডলান অমা
তাউথখিনবা মীহাৎ, মীপুন, মলোম
লুপশিনখিনবা মীকপ-মীবাউখোল, কায়ন-মৈশা
অদুগা অমুক হন্না উদনবা
শেংলবা পৃথি-ইমাগী মতম্বাক্তা।।

---

# (১৩)

## মতম

মতম —
নহাকসে অচৌবা গুরুনি
তম্বীবি নহাক্না নঙগী শিষ্যশিংবু
পোত্থাবা কৌবা লৈতনা
পাউতাক পীবি শিষ্যশিংদা
পোত্থাবা তমগনু, চৎথৌ, চেনথৌ হায়না॥

মতম'
নহাকসে অচৌবা অঙকপনি
ঙসি লৈতনা হয়েং লৈবা য়ারোই
হয়েংদি অদুম্মক লাক্কনি
ঙসিনা লেঙদবা ওইদবনা;
ঙসি লৈবক্লোই ঙবাং লৈরমদ্রবদি
ঙবাংদি অদুম্মক মাঙখিনি
ঙসি অসি লাক্কবনা॥

মতম'
নহাক অহৌবা নাইখিদে, লোইশিনবা ঙক্লোই
লিশাং শিংনা শাংলবা নহাক্কী লম্বী
নহাক্না কৈদৌঙেদা হন্না য়েংলুদে;
নহাক্কী লম্বীদা থংলম্বা খূদিংমক
ইনশিনখি নহাক্না চৎপ্রবা লম্বীদুদা॥

মতম!

অচৌবা গুরু নহাকসে

বিযয় লৈতে নহাক্না তাকপীবা ঙমদবা;

অদুবু নহাক্না অমতা খাক্তনা মাঙহল্লিনে

নহাক্কী শিষ্যশিংবু অমগী মথংদা অমা

লুপশিল-লুপশিল্লদুনা নীংশিংবগী কোমদা

হান্না তাক্লম্বা খঙহল্লম্বা তৌদনা॥

---

## (১৪)

## ভোমদু দিল্লীদা ফুমসিদা

গর্ভনর রোড ময়ায়মক্তা ভোম
ভিআইপিগী এরিয়া বাবুপাড়াদা ভোম
ইম্ফাল শহরগী গলি অমদসু ভোম
সিফাইনা ঙাক্লিবা এসেমব্লি রোডতসু ভোম
লম্বী-থোং ফত্তবা মফমদসু ভোম
ভোম, ভোম – ভোমগী ভোম ঙাক্তা
ভোমদু দিল্লীদা ফুমসিদা।।

ইমা ইবেল কৈথেল পোৎলক্তা ভোম
ইঞ্জিনিয়ারগী থোঙ্গানদা ভোম
ডাক্তরগী ক্লিনিকতা ভোম
মন্ত্রীগী শঙ্গাইদসু ভোম
ইনাক খুনবা অমগী থোঙ্গানদসু ভোম
অমদসু ভোম, অমদসু ভোম,
ভোম, ভোম – ভোমগী ভোম ঙাক্তা
ভোমদু দিল্লীদা ফুমসিদা।।

কুইনা তাল্লক্কবা নীংতম্বগী দাবী
কনানসু য়েৎপা য়ারোই হায়রি;
অপনবা পীরকপা খুদিং
পাম্বে উপায় মখল মখলনা
লেম্না থারোই চৈরাক ফংগনি হায়রি;
নীংতম্বগী দাবী কনানা য়েৎলি, কনানা পীগনি
ভোমদু দিল্লীদা ফুমসিদা।।

নীংতম্লি কাউখ্রবনা দাবী তৌবি নীংতম্লনবা
তৌনীংবা তৌবা নীংতম্বগী ৱাহন্থোক নংতববা
নীংতম্বা নংতনদি তৌনীংবা তৌবা য়াগদবা
তৌনীংবা তৌবা নংতবা করম্বা নীংতম্বনো
ভোমদু দিল্লীদা ফুমসিদা।।

অশেংবা নীংতম-লালহৌগী ৱাহন্থোক
অশেংবা নীংতম-লালহৌগী হৌবকফম
নীংতম-লালহৌগী তঙাইফদবা মহৈ-মশিং
মায়থীবরোইদবা নীংতমলালহৌগী লালওং খঙলবনিনা
লালহৌলূপ খুদিংমক্তা হায়জবি —
ভোমদু দিল্লীদা ফুমসিদা।।

---

# (১৫)
# লালহৌ টেক্নোলোজি

এডভবটাইজ অমথক থেংনজরুই –
লালহৌ টেক্নোলোজি তম্বীযু;
মসিনা কবি হায়বিবা, কবি কান্নদৌবিবা?
তম্নগা খঙগনি, তমদা তম্বীযু॥

ক্বালিফিকেশন – মথৌ তাদে ইয়া য়াই
মিনিমম এক্সপবিয়েন্স – নীংতম-লালহৌ
থবক্লা কদায়দা ফংগদৌবিবা — শেলহৌ ইন্দস্ত্রিজদা
তলবনা কযাদৈ হৌদৌবিবা?
লিমিত লৈতে, লিমিত লৈতে
নহাক্লা হৈজবিবা টেক্নোলোজিগী মখা পোল্লি;
পীখৎপগী অবোইবা তাবিখ লৈতে
এন্ত্রান্স ফি লৈতে
কোর্স – অপাম-অপাম্বা
কবম্বা মতমদা থবক ফংগদৌবিবা
ফংনীংবা মতমদা ফংগদৌবিবা
সেক্যুবিতি — নশানা লেপচৌ
ইন্স্যুবেন্স — নশানা লেপচৌ॥

---

## (১৬)

# জগোই

নোঙ্গবসু, শাউববসু, কপ্পবসু জগোই
য়েংলবসু, পৈরবসু, থেক্পবসু জগোই
শান্নবসু, চাবসু, তৃম্বসু জগোই;
করিসু ওইরমদ্রে পুন্সি অসি
ওইবল্লে জগোইনা য়োন্নবা পুন্সি
তাইবংগী চৎনবীনি, খৃৎশেমগী হৌনবীনি।।

ওইবল্লে শক্তম অমা মালেমসে
জগোইনা থল্লবা মালেম অমা
অচৌ-পিশক খায়বগী জগোই
লাইব-ইনাকখুনবা খায়বগী জগোই
জাৎ-ধর্ম্ম নৈনবগী জগোই
অশেং-অমাঙ খায়বগী জগোই
কবি কনা কৈদৌবগী জগোই
জগোইগী জগোই ঙাক্তনি।।

নোকপা নত্তে পুন্সি হিদাকনি
কপ্পা নত্তে পুন্সি বলিদাননি
শাউবা নত্তে পুন্সি ফিরেপ কায়বনি
য়েংবা নত্তে পুন্সি মায়ওন শেম্বনি
পৈবা নত্তে পুন্সি মায়ওন কায়বনি
থেকপা নত্তে পুন্সি ফিদুপ শেম্বনি
শান্নবা নত্তে মায়থোঙ মকা লামজবনি
তৃম্বা নত্তে মায়থোঙ ইচিক চিকচবনি
নুংশিরুবা নত্তে পুন্সি ফিরেপ লেপচবনি
জগোই নত্তে পুন্সি তাম্বানি।।

---

## (১৭)

# ঐ নুংঙাইরে

ঐ ব্রাবস্মি মতম অমদা
ঐগী হাযবা ঐগীদু
মাঙখিনি খন্না হিংলিগে;
ঙসিদি ঐ নুংঙাইরে।।

ঐগী মানবশিংদি য়াম্না লৈরি
অদুবু ঐগী অমতা ওইবমদ্রে
ঐগী হাযবা অমতা লৈত্রে
ঐ নুংঙাইবে।।

ঐ নুংঙাইববনিনা
অব্রাংপা মযাম অমা উরকই
অব্রাংপশিংদু থিবদা
ঐ কযাদা নুংঙাইবিবা!!

ঐ নুংঙাইবে খঙলবদা
ঐগা লোয়নবশিংসু নুংঙাইবে
মখোয নোক্লি উবগা ঐগী নুংঙাইবদু
ঐসু নোক্লি উবগা মখোয়গী নুংঙাইবদু।।

অহেনবা য়াম্না লৈবি ঐগীদি নত্তবা
ঐ কবিসু খল্লুদে ঐগী নত্তবনিনা
ঐ অসিমদি হায়রবনি
ঐ নুংঙাইরে।।

(১৮)

## লৌরী

লৌবী চংপী তাদৈ কৈনো
মদুনা লৌবী মখল অমনি
ঈশৈ শক্ল-শক্লা চংপা য়াবা;
চংপা যাদবা লৌবী লৈ —
লৌবী শুনবনা, লৌবাং শুনগদবদা॥

ঙমখৈ মচা-মচানা তাক্লিবদু লৌবীনি
ঙমখৈ মুন্নবক্লবদি লৌবী শুনবকই
লৌবাং শুনবগী মহুত্তা;
সুম সুম পিকশিল্লকই লৌবীদু
চংপা যাবক্তবে অনৌমক্কী ওইবিবা লৌবীদু।

লৌবী —
খোয়তক তৌবা লৌবী
চুমদ্রিং চুম্বা লৌবী
থা মচেৎ শংবা লৌবী
চক্রবিহু মানবা লৌবী
ময়াং-মীতৈগী মবক্তা লৌবী
চীংমী তম্মীগী মবক্তা লৌবী॥

কংফাল অমদি ঈশিংগী মবক্তা লৌবী
জাতি অমগা জাতি অমগগী মবক্তা লৌবী
ঈশিং অমদি নুংশিৎকী মবক্তা লৌবী
মীগা মীগা শম্নহল্লিবা লৌবী

লম্বীগা লম্বীগা উনহল্লিবা লৌরী
কৈনোগা কৈনোগগী মরক্তা লৌরী।।

লৌরীগী লৌরী ওাক্তা
মালেমগী কৈনো অমা ওইহ্‌রিবা
মীওইবগী পৃথিবী অসি
লৌরী মখল কয়াগী
লৌরীনা শেন্নবা মফম অমনি
লৌরী শেন্নবদা ব্রানরিবনা মীওইবনি।।

---

## (১৯)
# মায়থীরবা পুন্সিনি

নীংজবা আশাগী ঈচেলনা
নোংমা নোংমগী কংথরক্লে
ঈচেল লেপ্লবগুম, কংলবগুম তৌখরে;
নীংজবা মঙলান মঙফাওনখিদরে
পুন্সি পাঙ্গল ময়েং তাশিল্লক্লে
পুক্নীং পাঙ্গল শোম্বুরক্লে
মায়থীরবা পুন্সিনি।।

থাংলুবা খোঙথাং খূদিংমক
অরানবা লম্বীদা হেক্তা ওইখিবা;
অচুম্বা লম্বীদা চৎলগনা
ইরেঙ লেঙদবা পুন্সি অমা ওইরক্লে
মায়থীরবা পুন্সিনি।।

ইচারোমদা য়েংই — নীংবা কায়বগী মশক
ইমুং মনুংদা য়েংই — ইজ্জৎকী ৱাফমদা ঙাইরে
ইজাতিগী য়েংই — নীংতম্লিবরা ঐখোয়বু
মায়থীরবা পুন্সিনি ।।

চৎনবীদা য়েংই — ওলদ ইজ গোল্দ
ওলদ ওইদুনা অদুম লৈরে
গোল্দ ওইদুনা ইরেঙ লেঙদরে;
মঙানি চাক্তৌবা — লেমহনবগী নিয়ম
থুগায়বা ঙমদনা অদুমক মরৈরি;

মরূপ মপাঙদা য়েংঙি
লৌখৎফম করিসু লৈতে
সুর্জদেবগী শাপ পল্লবা ঙাক্তা
চাকখাউ পৎলবা ঙাক্তা
থীবোং-থীরিন নমথীরবা ঙাক্তো
স্বব যাক্লম নমলবা ঙাক্তা
মাযথীববা পুন্সিনি।।

ইরৈবাক ইরমদমগী য়েংই
ইমাগী পিরাংনা ঈচেল শেন্নে
মনীং হন্দুনা চৎলে
নুংগী যুগকী চীংজাউ থেংদৌবে;
প্রজাগী মায়কৈদগী য়েংই
কবম্না যুমলোন্নগনি খণ্ডনদবে
কবম্না ফেমিলি প্লান্নিং তৌগনি খণ্ডনদবে
কবম্না রেসিযেল ইন্টিগ্রিটি পুবক্কনি উনদবে;
তুম্বা য়াশিল্লক্তবে তাদ্রবদি প্রজা খূদিংমক
'মীহাৎ মীপুন মীকপ মীবাউ'গী খোঞ্জেলসে!!

ইশাগী ওইনা য়েংই
অমা তৌরুই — লমখাঙদা পৎ তৎলি
অমা অমুক য়েংই — মঙম শান্দে
মায়থীরবা পুন্সিনি!
পম্বুং লৈত্রবা পুন্সিগুম
এম এন্দ ওবজেক্ট য়াওশিল্লক্তরে;
ইশানা য়াববা মায়থীরবা পুন্সিসে
অমুক্তদি পোকচখিগে লাংওন অমতংদি
মী অমা ওইনা ঐ অদুম ওইনা।।

---

(২০)

# ইমায়রা-চৎনবীরা

মৈতৈ জাতিগী ইমায়বু ঙাক্লিববা
মৈতৈ জাতিগী ইজ্জৎপু য়োল্লিববা
মৈতৈ জাতিগী কলচববু য়োকখৎলিববা
মৈতৈ জাতিগী কলচববু হুল্লিববা
মৈতৈ ঐখোযগী নুপী কৈথেলনা
মফম খূদিং কাচীন খূদিং লৈবিবা।।

কাথেক্লা শাববা নুংশা মবক্তা
লম্বীগী চিদায়দা নুংশা য়েনা ফৌবিবা
পুন্সি-হিংন-লম্বী চাকখাউগীদমক্তা
মৈশানা হেল্লদুনা মায়হিং কাবিবা
নুপীবু শডক-লমজাউদা থাদোকপা
মৈতৈ ঐখোযগী ইমাযবা চৎনবীবা??

নুপী কৈথেল, নুপী পোৎফম –
নুপীবু নুংশা মবক্তা ঙাম্লোইহনবা
নুপীবু ফত্ত-হৌদী নুংশা মবক্তা পোথাহনবা
মৈতৈ ঐখোযগী ইমায়বা চৎনবীবা??

---

## (২১)
## হৈতবা

হৈতবা –
চাবা হৈতবশিংগী মনুংদা মৈতৈসু অমনি
য়েন্না খোৎপগুম খোৎলগা থনমই
নুংতিগী চাবা ফংদবশিংদু
মশাগী মপোৎনি খন্না চাদবরা??

হৈতবা –
য়েনবা হৈতবশিংগী মনুংদা মৈতৈ বামনসু অমনি
ঙমদদুনা খূৎ খল্লফাওবদা
থাদরমই তোপ-তোপ, পোপ-পোপ
মশাগী মরলনি খন্না য়েন্দবরা??

হৈতবা —
হৈতবা চৎনবীশিংগী মনুংদা
মৈতৈ চৎনবীসু অমনি;
হাউনা থোংলগা হাউতনা পীজৈ চৎনবীনা
বোং বোং শানা চাগদবদুবু
ইংথমথাগী ইংখ্রবা মরক্তুদা।।

চাবা হৈতবনা হৈতবসিদি
তনবা ফাওবা হৈতনা তল্লি
পক্ত-পক্তনা তল্লি
তনবা মান্দনা তল্লি
করম্না তনগদগে খঙদনা তল্লি।।

চাবা হৈতবনা কবি হৈদোইনো
চাবা হৈত্রবনিনা চাদীংসু হৈবম্লবোই;
চাবা হৈত্রবনিনা খায়দোকপসু হৈবম্লরোই
অদুনা খাযদোক্লবিবনি তৃমিন তৃমিন মম্লিঁগুদা
খোঙবালদা, লৈবক্তা, লম্বী-লমজাউদা।।

চাবা হৈতবগী কোক —
অচম্বা কোক নত্তে
মবুক ফৎনদবগী কোকনি;
মচীন-মনাউ শম্বল খানবগা
নুংঙাইনি খল্লিবা চাবা হৈতবগী কোকনি।।

চাবা হৈত্রবনিনা থকপসু হৈত্রবনি
অদুনা থক্লবিবনি মিং পাংলিঁগুদা সূর্যদেবনা;
কাউনখ্রে চাবা হৈতবা, থকপা হৈতবশিংসে
সূর্যদেবগী শাপতি পানবনিনে থুনা থুনা
চাকখাউদা, থিবিলদা, ফীবাক্তা অদুগা মায়দা।

---

## (২২)

# খুম্মুনো নোংমৈ পায়বা

লৈজরিবা নীংতম্বা য়োল্লিবরা
মাঙখ্রবা নীংতম্বা তাল্লিববা
খুম্মুনে নোংমৈ পাযবা!
নোংমৈ পায়বা খুদিংমক
ফোঙনসু, লোৎনসু পাযবা খুদিংমক।।

নীংতম্লে হায়নবি নখোযদি
নীংঙক-নীংঙকপদু তৌজবা ঙম্লবনিনা;
মীচম প্রজানা নখোযগীদকমক হাযবা তাবি
'মখোয়দি নীংতম্বা ফংলে নোংমৈগী মতেংনা
ফংদ্রিবদি মীচম প্রজা ঐখোযনি'।

'লৈঙাক শাসন পাযরিবনা অমুক হায়বি
অপাম্বা নীংতম্বা পীগনি, ফংগনি
তংদুলৈতাবা পুন্সি অমা লাক্লগনি
ঐখোয়দা থাজবা থম্মু';
কয়া শুবগে নীংতম্বা মখল
খুম্মুনে নোংমৈ পায়বা!
নোংমৈ পায়বা খুদিংমক
ফোঙনসু, লোৎনসু পায়বা খুদিংমক।।

নোংমৈ পায়বনসু মবোল অমা লোল্লি
শাসন পায়বনসু মরোল অমা লোল্লি
ফাওনরিবরা ফাওনদ্রবরা লোল অনিসে
খুম্মুনে নোংমৈ পায়বা!
নোংমৈ পায়বা খুদিংমক
ফোঙনসু, লোৎনসু পায়বা খুদিংমক।।

---

(২৩)

# মরী-মতেং

তোম্বা মশক ফজৈ
চাউবা মওং তাজৈ
তোম্বা চাউবা অনী পুল্লগনা
মশক উদে, মওং তাদে
মশক লৈবগনা মশক য়াদে
মশক্কী ফজবা উবা ফংদে
তোম্বা চাউবা মবী-মতেং লৈতবনা।।

অফবা মবী থমসি মবী-মতাদা
অফবা মবী থমসি অমগা অমগা
অফবা মতেং পীনসি মবী-মতাদা
অফবা মতেং পীনসি অমগা অমগা
পলেম ইমাগী ফজবা মশক উনবা;
অশোনবা মরীনা পম্বুং উবা ফংদে
অপুনবা মিংয়েংনা অমগা অমগগী
পুরকহনগুমসি কান্নদ্রবা ফল অমা।।

অফবা খুংলাইদনা পুবক্কনি পম্বুং
অফবা টেক্নোলোজিদনা পুরক্কনি মরাংকায়বা;
খল্লিবা ব্লাখল অরানবা ওইখিগনি
অফবা মরী লৈত্রবদি অমগা অমগগী মরক্তা
অফবা মতেং পীনদ্রবদি অমগা অমগগী মরক্তা।।

অমমতগী লমচং ফহনসি
অথুবা মতমদা পম্বুং ফংনবা;

অমগী লমচৎনা মাঙথবক্লবদা
কবি থোক্কনি খঙলববা
অমগী মহিক অমদা য়ৌবক্কনি।।

খূৎকা খূৎকা শোক্লসি
অবানবা লম্বীদা চৎলিবা মহাক
চিংথোকউনে মখূৎ পায়দুনা;
পম্বুং লৈজববসু অফবা মবী য়াওদ্রবদি
পম্বুং উজববসু অফবা মতেং য়াওদ্রবদি
যৌবা ঙম্লেইনে পম্বুং মবী-মতেং পীনদনা।।

---

(২৪ )

## নহাক ঐগী য়েক্লবনি

নীংশিংহল্লনু ঐবু, লাক্লনু নীংশিংবা
তাহল্লনু ঙংলিবা খোইমুগী খোঞ্জেল
যৌহল্লনু শাৎলিবী লৈবাংগী লৈনম
থোক্লনু থাজ, হুম্লনু মালংবা
পুন্নমক মাঙখবো, মৃৎখবো।।

নীংশিংবা! নহাক ঐগী য়েক্লবনি
উহল্লিবা – শম্লাংগী শমজিবৈ
নাপদা লৈতেংলিবা অমুবা শম্লাংগী শমজিবৈ;
তবা তবাববী চীনবানখাদা থুংলিবা শমব্র
নীংশিংহল্লনু ঐবু, লাক্লনু নীংশিংবা
পুন্নমক মাঙখরো, মৃৎখবো।।

নীংশিংবা! নহাক ঐগী য়েক্লবনি
ঙাওহল্লিবা – নাপ্পগী নাইননা
নাইনগী মশেক্লা মিংস্না-থম্বাল থকহনখিবা:
শুম্মৎহল্লিবা – নাচোমগী লৈনমনা
শম্বুল নাচোম নাচোমগী লৈনম্না
থম্মোই হুদুনা পুখিবা
নীংশিংহল্লনু ঐবু, লাক্লনু নীংশিংবা
পুন্নমক মাঙখরো, মৃৎখরো।।

নীংশিংবা! নহাক ঐগী য়েক্লবনি
ঐহাকসে -

পূকচাউ বাবু ওইরবনি
য়ারক য়াখোঙ নমথীরবনি
মিৎলু পিবাংদি লৈরিবা মহৌশাগুম
কবিগীনো মসিনা হে নীংশিংবগী গুরু!
নহাক ঐগী য়েক্লবনি॥

পিশুম শুকথরবনি খন্দবরা
লাইবক পাকথোক্লকলিবসি উদবরা
খুইবিবা মাযথোঙসি ফাগীরা
নঙোন্দনি হায়রিবসি হে নীংশিংবগী গুরু!
নহাক ঐগী য়েক্লবনি॥

---

(২৫)

# শান্তি লৈতরে মণিপুরসে

শান্তি লৈতবে মণিপুবসে
শান্তি অমতা লৈতবে মণিপুরসে!!

চবুংবম শান্তি লৈতবে
নহাবোল য'ওখিবা কুইবে
লৈকাইদ' লৈবা যাদবদগী
আর্মিগা কাপ্লবদা শিখবে
য়াওবিবদুদি খববদা মমাঙ থাদা।।

হাওবম শান্তি লৈতবে
অযুক নুংথন নুমিদাং খুদিং থকমন্দুনা
চাকখাউ তৎপদগী, ফিবাক কুমথবকপদগী;
যুমদা বার্ত্তণ যৌবকখিদা
হাপস্ত্রিবদুদি খববদা মাগী হবি শ্রবণম।।

হিজম শান্তি লৈতবে
চহী মবিফুমঙা শুখবে
অইবী নেসনেল এরার্ডিনি;
মহাক্কী সংস্কাব নুমিত্তু
ওইস্ত্রিবদুদি মণিপুব পুম্বা ছুটি।।

থোঙবম শান্তি লৈতবে
মপান্দা লাইবিক তম্বা চংখিবনি
হোটেল অমদা অহিং লৈরম্মি হায়

হল্লকখিদবা চহী কুন শুববনি
পুমচায় চায়খ্রিবদুদি মনুং মপান অনীগী খবরদা।।

মশক লৈতবা, পায়বা য়াদবা
শোকপা ফাওদবা, য়েকপা য়াদবা
এবসত্রেক নাউন্না শাবা 'শান্তি'দুদি
মন্ত্রীশিংনা অমুক মুনখি
নহারোলশিংনা অমুক মুনখি
রাজনিতিরালাশিংনা অমুক মুনখি
দেশভক্তশিংনা অমুক মুনখি
মৈতৈদগী ওইবা মায়চৌশিংনা অমুক মুনখি
অমদগী অমনা অমুক মুনখি
ময়াম চঙদুনা মুন্নবদগী
মমৈথংদা তুমখ্রবদুদি কুইরেনা!
শান্তি লৈতরে!!

---

# (২৬)

# চুম্লিদ্রনে পাউসিবু

পাউ অমা তম্লকখি
ফাগী যাম্না তৌগনবা মকুপ ককশাবীদুনা
মতম অমগী নিশা বন্দগী এক্সন সেক্রেটবিদু
শিখি চাকখাউ কাযদুনা ট ওবদগী
নিশা থাদোকপা ঙমদবদগী;
পাউদুনা মখা তাবকখি
রাঙাঙ হৈবা পব্লিসিটি সেক্রেটারিদু
য়োল্লি যু ঈকাইঈকি খঙদবমখে
শেংলি চগুমচনাই হিংননবগী লালফমদা;
প্রসিদেন্ট কম এডভাইজব ওইবম্বদু
হেনবা ঙমদবে ফমুংদগী
ফিবাক খেংক্রুম অশাংবী মাল্লকপদগী
অদুগা শোল্লপ শোল্লপ লাউবল্লি
'তাবিববনে মমা নঙবো
পব্বা অমতা লৌবগে
মদু থক্লুগা ঐ শিদসু শিজখ্রগে
খাঙব ঙমদ্রেনে যম্না চাক্লেনে'
মশা খিং খি, লাউনা হিংলিব
হিসাব হৈবদগী শেল খবসু হাত্তুনা পাযজহৌববা
ফাইনান্স সেক্রেটবিদুনা মাগী পাউজেল পীব
'নিশা থিংবা ঙমগনি নিশাগী মহাউ অমদি মগুণ
খঙলবা নিশা থাদোক্লবা মখোযতনা
নিশাগী ফত্তবশিংদু শন্দোক শন্দোক্লা তাক্লদুনা'
চুম্লিদ্রনে পাউসিবু''

---

(২৭)

# ইমানা নখোয়বু ৱারৌরোই

নখোয়গী নীংতম লালহৌ য়ানীংদে
নখোয়গী ৱাঙাঙ থকসি খাসি য়াওদে
নখোয়গী শাজৎ লিচৎ পামজদে
নখোয় নোংমৈনা শেল তানবা খুৎপুনি
নখোয় ইমাগী মচা নত্তে
ইমানা নখোয়বু ৱারৌই।।

রিভোলুসনগী ৱাহঙ্থোক খঙদবরা
নীংতম্বগী খোঙজংবু অদুম্মা তৌবরা
রিভোলুসনরি ইদুকেসন তম্লক্তবরা
বিভোলুসনগী করম্বা ৱাহঙ্থোক্তা য়াওবগে
অঙাঙ অমদি মীচম ফাবগী নিতি নিয়ম
ইমানা নখোয়বু ৱারৌই।।

লৈজরিবা শান্তিগী চেকপল থুগায়রগা পুরকপা নীংতম্বা
মচেৎ মচেৎ তানা হিংহৌরদবা নীংতম্বা
জাৎ অমগা জাৎ অমগা নুংশিনররোইদবা নীংতম্বা
ধৰ্ম্ম অমগা ধৰ্ম্ম অমগা য়ানররোইদবা নীংতম্বা
হান্না নীংতম্বা ফংলবা নখোয়গী তৌশিন্নবা নীংতম্বা
অমগা অমগা ঈখেঙ তানরদবা অদুগুম্বা নীংতম্বা
লম্বী ওন্ননা চৎখ্রবা নখোয়গী নীংতম্বা
পামজদে অমতা নখোয়না পুরকপা নীংতম্বা
ইমানা নখোয়বু ৱারৌই।।

অরানবা খোঙফম হন্দোকসি ইচাশা!
অচুম্বগী নথৌনা নরিংজেল ফূদোকসি
চংনররিবা থাক্কী লাইরিক লাইশু হান্না খঙখিসি
পৃথিবীগী লমজেল য়াওজগে হায়ররুখিসি
ইমানা থল্লিবা বাফমসে ইল্লবদি
ইমানা নখোয়বু ব্লারৌবোই॥

---

# (২৮)
# নুংশিবা নহাক

নুংশিবা নহাক
নমথাক্লি, মাযানি, লমখাংনি;
নহাক্কা নুংশিজবিবা শক্তম
শক্তম অদুনা শক্তম মাঙখ্রবদা, হেংখ্রবদা
নুংশিবা লৈবিবনা নফমদা
হে নুংশিবা নহাক খুম্মানে!!

থম্বালনা থমচৈৎ ওনখ্রবদা
থম্বাল লৈনম ফংলিবনা
থম্বাল লৈশক লৈবিববা
হাযযুনে নুংশিবা নহাক!!

নুংশিবা নহাক পম্বুং লৈতে
তাউজবা লুপচবদুনি ইপাক্তুদা
নুংশিবা নহাক্কী কাযনবা, থুংনবা লৈতে
কাযনবা, থুংনবা অনীমক লমখাং ঙাক্তনি
থুংনবনা কাযনবগা অহানবা খোঙথাংনি
কাযনবনা থুংনববু অরোইবা বিদায পীখ্রবনি।।

নুংশিবা নহাক পাপকী মশক্লি
উবা, শোকপা, তাবা, ফংবা ঙমদবা মশক্লি
নহাক্কীদমক, নহাক্কী নহাক্কীদমক
করিগী অসুক ব্রাহল্লিবনো ঐহাকপু, মহাকপু।।

নুংশিবা নহাক মায়াগী মশক্কি
ওন্নীংবা মশক অমা ওনবা য়াবা
অহৌবা লৈতবা অরোইবা লৈতবা নহাক
মায়া নত্তনা কবি ওইদৌরিবনো??

পিকপদগী পিকপা নুংশিবা নহাক্কি
পিকমন্দুনা মশক য়েংলুবা য়াদে
চাউবদগী চাউবা নুংশিবা নহাক্কি
চাউমন্দুনা মশক শেংনা উবা য়াদে।।

---

(২৯)

# থোং অমসুং চেকপল

নুংশিৎকী থোং শারি
ভারত অমসুং চাইনাগী মবক্তা;
চেকপলনা খানরি ঙমখৈগী লৈমাইথক্তা
মী ফত্তবা ফাওদোক ফাওজিন তৌদনবা;
অমগা অমগগী মবক্তা থোং শারি
ঈচেল খূদিংমক ফাওদোক ফাওজিন তৌনবা।।

অমগা অমগা চেকপল খানবি
ফত্তবা মহিকশিং য়ৌরক্তনবা;
থোং নিয়ম চুম্না শাসি
চেকপল নিয়ম চুম্না খাসি।।

## (৩০)

## শান্নবূং

শেন্নসি শাগৎলসি শান্নবূং অমা
পুথোক্লসি অফবা শান্নবোই কয়া
মালেমগী শান্তিগী লমজেল য়াওকনবা
খুন্নাই খুন্নাইগী নুংঙাইবা চাউখৎপা পুবক্লবা
নুংশিনববা মলোম লৈত্রবা মালেম অমগীদমক।।

শেন্নসি শাগৎলসি শান্নবূং অমা
পুথোক্লসি অফবা শান্নবোই কয়া
মালেমগী চাউখৎ লমজেল য়াওকনবা
মালেমগী একতা পুবক্লবা
পৃথিবীগী জাতি খূদিংমক্কী
পৃথিবীগী খুন্নাই খূদিংমক্কী
পৃথিবীগী মীওইবা খূদিংমক্কী
শান্তি অমদি নুংশিনবা পুবক্লবা।।

শেন্নসি শাগৎলসি শান্নবূং অমা
একতানা কোয়শিল্লবা শান্নবূং অসিদগী
পুথোক্লসি অফবা শান্নবোই কয়া
শান্তিগী শান্নবোই, চাউখৎপগী শান্নবোই
নুংশি চান্নবা অমতা ওইবগী শান্নবোই।।

মায়থীরবশিংগী নীংহন্নবা লৈত্রবা শান্নবূংনি
পুন্সিগী শান্নবূংদা শান্নরি

মখল মখলগী মশান্না শান্নরোইশিংনা
কেকু লোংলি ফোংলি কেকু শান্নরি
নুংশিনরি নুংশিনদবি নুংশি শান্নরি।।

মখল মখল, মথেল মথেল মখলমথেল শান্নরি
লমন শিংনরি, লমন তোনশিন্নরি লমন শান্নরি
পামজবা অনীংবা নিনরি নিনবা শান্নরি
নীংজমনগীদমক নীংজরি নীংজবা শান্নরি
ফজববু কল্লকনরি কল্লকপা শান্নরি।।

ফজববু লাকশিন্নরি ফজবগী ফজরোইশিংনা
য়েক্তা ওইদা থেকই ফজববু উননবা
নীংজনরি ফোংনা অমদি লোন্না
নীংজমলগী খল্লুদনা নীংজরোইশিংনা
অমুকসু নীংজমলগীদমক নীংজরি নীংজবা শান্নরি।।

## (৩১)
## ঐ ঙাইদি ঙাইরি

ঐ ঙাইদি ঙাইরি
কবিনো ঙাইবিবসি খঙদনা
ঐ ঙাইদি ঙাইবি, ঙাইরিবসি –
শেল্লা, ইজ্জৎলা, পুন্যবা, পাপলা
বদনামলা, নীংজমল্লা, অমবরা খঙদনা।।

ঙাইনা ঙাইনা ঐ লেপতে, পোখাদে
পাপ মযাম অমা ফংনবা
পুনা ময়োম ময়োম ফংনবা;
মীগী থম্মোই খঙঙুবা পুন্যনি
মীগী থম্মোই হুকবা পাপনি
মীগী মবল কল্লকউবা নীংজমলনি
ঐগী মোন্দ্রংনা অমবনি
শিববসু মোন্দ্রং অদুমক তৌখিগনি
শেল পাযববদি ইজ্জৎনি
মীবু চৈবনা ঐগী বদনামনি।।

(৩২)
# কোপী

নহাক্কী ফজববা নশক
কোপী তৌবীগে শিং নান্না
কেমেরা অমগী মতেংনা
নংত্রগসু মমল ব্লাংবা মোবাইল অমনা॥

চাউব-চাউববা মালেমগী থোংশিংসে
চপ মান্ননা শাবীগে, কোপী তৌবীগে
অফাওবা ইঞ্জিনিযাব কযাগী মতেংনা;
পাক্ল-চাউব ঈথক হৌববা সমুদ্রশিং
কোপী তৌবগা থমখিগে থাগী লৈমায়দা
বিজ্ঞানিকশিংগী মতেংনা ইবায লায়না॥

কোপী তৌ হাযবা তৌবীগে
লুব লুববা ব্লাহং কযা
মমল যাম্লবা পেপব, দোকুমেণ্ট কযাসু
অর্থ চেল্লবা শৈবেং, ব্লাবেং কয়াসু;
অদুবু কোপী তৌ হাযবক্কনু
মীওইবগী কোক, পৃক্লীং অমসুং নুংশিববুদি॥

---

(৩৩)

# নীংতম্নরবা মতুংসিদা

নীংতমদ্রিবা কনা লৈরিবগে
পুম্নমক নীংতম্নখ্রে মবনাই ওইনা;
নোংমৈ পায়বা খূদিং নীংতমই
তৌনীংবা তৌবা ঙমই;
মোবাইল পায়বা খূদিং নীংতমই
হায়নীংবা হাযবা ঙমই;
য়ু থকপা খূদিং নীংতমই
থকনীংবা চাং থকপা ঙমই;
লালহৌবা খূদিং নীংতমই
লালনিনা খূৎলাই শিজিন্নবা ঙমই।।

নীংতম্নববা মতুংসিদা
কবি মথৌ তাবিবগে অপুনবা নীংতমবা
অদুবু খস্থদুনা অমুক্তংদি যেংমিন্নসি
নীংতম্নবিবা অসি কায়নদনবা অমসু অমসু।।

---

## (৩৪)

# শেম্নীবা মহাক্কী খূদোলনি

মতম পুম্নমক্তা হোংদুনতা লৈরিবা অহোংবা
অকোযবনা, অহিংবনা হোংলিবা
মতমনা ঈচেলনা মালংবনা হোংলিবা
অমসু অমসু লেপতনা হোংনবিবা
পাউদা যুম্ফম ওইরগা হোংনরিবা
খুন্নাই অসিদা লেপতনা থাংনবিবা খোঙথাং
পুম্নমক অঙকপনি শেম্নীবা মহাক্কী খূদোলনি।।

অকোয়বদা হিংবা ঙম্নবা, হিংবা নুংঙাইনবা
শেমগৎলি কাঙলূপ কয়া, লূপ কয়া
শেমগৎলি কম্পানি কযা, ফেক্তরি কযা
লূপকী মনুংদা অমা কৌবা মহাকসু
অহোংবা অসিনা হোইদুনা পুবিবা
পুম্নমক অঙকপনি শেম্নীবা মহাক্কী খূদোলনি।।

টেক্নোলোজিগী ওইবা অহোংবা
খুন্নাই খুন্নাইগী ওইবা অহোংবা
খুন্নাই অপুনবগী ওইবা অহোংবা
অহোংবা পুম্নমকনা অমমমদা পীবিবা চৈথেং
খন্থবকব্দা ঙম্নমক অঙকপগী অঙকপনি;
অদুবু অশিন অবাং ফজহন্দুনা
মালেমসিদি কায়দবা ওইহল্লিবা
পুম্নমক অঙকপনি শেম্নীবা মহাক্কী খূদোলনি।।

কনানসু থিংবা ঙম্লরোইদবা
অহোংবা অসি যাবা তার্বনি
অহোংবা অসিগা তুংইন্নবা চংনবা
শেমশাবা ঙমহল্লিবা ঙম্নমক্তা
অসিমসু অঙকপা মখল অমনি
শেম্বীবা মহাক্কী খূদোলনি॥

(৩৫)

# খৃ

হকচাংগী কায়াৎ ওইবিবা খৃৎ
শাবদা মতোন লোম্লিবা খৃশা
ইংবদা মপা লৈত্রবা খৃইং
হাওবদা মপা লৈত্রবা খৃহাও
নুংশিবদা থম্মোই তান্তি তাবী খৃনুংশি
ঙাওবদা ঙাওই খঙদনা ঙাওববা খৃঙাও
মশক উবদা মবম খঙদনা চাক্লিবা খৃচাক
থীবদা মথা লৈত্রবা খৃথী
থংপদা খজিংদগী হেল্লবা খৃথং
লাম্বদা চবি তংকৈ লাম্লবা খৃলাম
থুবদা মথক লৈত্রবা খৃথু
তপ্পদা পুম্নমক্তা ইকাইনববা খৃতপ
ৱাংবদা স্বর্গ যৌবা মাল্লবা খৃৱাং
শাংবদা লাম্বা ফংদ্রবা খৃশাং;
লিননা কাম্লি – খৃ খৃ খৃ!!

## (৩৬)
# করিগীনো খণ্ডবরা

থোক্লিবা থাজনা মর্যাহিং কাবিবা
কোবৌ মশেক মঙালনা শাবিবা
লাইঙ্ড ঈচেলনা তেযনা তোযনা লৈতাদ্রিবা
ঈথক ঈপোমনা অহিং অশা শেল্লিবা
কবিগীনো খণ্ডবরা??

তুবেল্লনা থেক্লা খোযনা চেল্লিবা
ঈপাক ঈযাযনা তুথক তথক্লিবা
মালংবনা লিবি লিবি হুল্লিবা
থাবলগী ঈপোম্মা পৃক্লীংবু পুল্লিবা
কবিগীনো খণ্ডবরা??

দৃশ্য কযনা পৃক্লীং হুবিবা
থৌদোক কযনা পৃক্লীং লৈতাহন্দ্রিবা
শুক্ষৎলবী কযানা পৃক্লীং পেলহল্লিবা
অকি অখঙ কযানা পৃক্লীংবু নৈবিবা
কবিগীনো খণ্ডবরা??

লাইবক্তা বিন্দি, শম্লাংদা লৈনম
নাপদা নাচোম, শম্বুলদা শমজিবৈ
হকচাংদা মনম চেল্লবা কোসমেতিক
যেংনফমদা যেংনপোৎ, মিৎযেংফমদা মিতাপোৎ
কবিগীনো খণ্ডবরা??

থম্মোইনা থম্মোইবু থেম্নরিবা
পূন্নীংনা পূন্নীংবু পুন্নরিবা
মিৎস্নানা মিৎস্নাবু মিৎচানরিবা
করিগীনো খঙবরা??

নীংশিংবনা তত্তনা পীরিবা ঈনোৎ
চাক্লবা থম্মোইনা খাংলিবা মৈশা
পুন্সি লম্বীদা পুরিবা লুম্নবা পোৎলুম
করিগীনো খঙবরা??

পুথোক্লরিবা মচুশিং চিত্রকারনা
হাপ্লরিবা শকফমশিং মেক্কপরশিংনা
থিজিল্লিবা কালাগী মগুণশিং কালাকারশিংনা
করিগীনো খঙবরা??

চৈদরিবা ঈশ্বরবু নাষ্টিকশিংনা
ঝারৌজরিবা ঈশ্বরবু আষ্টিকশিংনা
কোনশিনজরিবা ঈশ্বরবু ভক্তশিংনা
করিগীনো খঙবরা??

রাজবংশদা তৌনরিবা রাজনিতি
রাজদরবারদা শাগৎনরিবা অর্থনিতি
রাজবিদ্রোহিশিংনা থাক্লরিবা কুটনিটি
করিগীনো খঙবরা??
খঙদ্রবদি - অখঙবা অমা লৈবনি;
লাই হায়বরা, শেম্বীবা মপু হায়বরা
অখঙবা অমা লৈবনি॥

---

(৩৭)

## ৱা অমতং

মচু মচুগী লৈবাং অমনা
ওনখ্রবদা মখল মখলগী মনম ওইনা
লাক্লবোইদা থম্মোইদা শাস্তি কৌবা নহাকসে;
বসন্ত, য়েন্নীংথা, পামজবা কয়ানা
হাপ্লবসু তত্তনা পুঙ্গি-ঈনোং
লাক্লবোইদা থম্মোইদা শাস্তি কৌবা নহাকসে:
চেম্ব্রদুনা লৈবক্লিবা পুঙ্গি ঈচেল অসদা
থম্মোই অমদি পুক্লীং অনিগী মবক্তা।

লাকখিদ্রবদা উহনবিদ্রবদা মঙলান কযাদা
উখিদ্রবদা মীবম্লেন, মীতিন্নফম কযাদা
পল্লিনে থম্মোইনা ৱা অমতং
'চৎলববা নহাকপু তশেংনা ঐবু থাদোক্লুনা'।।

---

## (৩৮)

# অথৌবা

হো অথৌবা!
ঙসিসু অমুক নিল্লবেনে যুমথোং খূদিং
থৱাযনা বলিদান পীখিবা
অথৌবা নহাক্কী ৱাবীতনা
ঐখোযগী পীবূক-পাবূক 'নুংদ'
অমগা অমগা পিবাং শিন্থনা যেংনবদুনা।।

হো অথৌবা! অমর ওইববা অথৌবা
নহাকপু শিংথাবদুনা পালনা তৌখিনি
ইমাগীদমক কৎথোক্লবা নপাবি মমোমর্শিংনা
১৩ শুবা অগষ্টনা লাকপগা
কুমওন খূদিং খূদিংদা।।

অচাইবা লৈ খঙোক খূঙোক্লা
মচু মচূগী লৈপনেং লিশিং লিশিংনা
কংলবানিকো অথৌবা নহাক্কী খুৎমসদা,
নপাব নমোমগী খোল্লাউ কযা কযানা
মৈবাগী মঙাল লিশিং লিশিংনা
লৈবাং লৈনমগুম শান্দোকপা ওইসনা
অথৌবা নহাক্কী থৌনা সিংজেলগা পাউজেল
মালেম মকোয় শিনবা থুংনা।।

কৎপিৱবা থৱায ইমা লৈবাক্কীদমক
কৎপিৱবা থৱায ইমাগী মচাশিংগীদমক

লাক্লোনে য়ৌরক্লোনে অমুক হন্না
পীবিরোনে অমুক হন্না থৌনা লিংজেল
ইমাগীদমক কৎচরবা মপাবি-মমোম খূদিংমক্তা
লাক্লো কুমওল্লরো শাযোল্লরো;
মমি শামিরবা ইমাগী শক্তমসে
অমুক্তদি লংহনবিরো চামথোকপীদুনা অমোৎপগী মৈখুশিং
মুশি-মুশিববা ইমাগী শক্তমসে
অমুক্তদি মাযথোঙ মকা লামহনবিবো।।

শান্তি লৈত্রবা শান্তি ফংদ্রবা
নাংতম্বগী ফিদম মাঙখ্রবা
ইমা লৈবাক অসে ফংহল্লসিনে
লংদ্রবা শান্তি মতম চুপ্পগী ওইনা
খক্লসনে অমব ওইববা শান্তিগী লিক্লসে
হে অথৌবা! হে অথৌবা!!

---

## (৩৯)
# নঙসে ঐনা হুরবনি

নঙসে ঐনা হুরবনি
নঙনদি খঙদনা লৈরিবদো
অঙকপনি হায়গে নহাকসে!
নপোৎ থাঙবা খঙদবা!
নশা মাঙবা খঙদবা!!

মালংগী শউমদা বসন্ত মতমগী
নমাই নমিৎ ইথক থকলিবা
য়েংনা য়েংনা উদ্রিবা
তাবা মান্না তাদ্রিবা
খঙঙুকো নঙগী করিনোমা মাঙখিবৈনি॥

নোংমা নত্রগা নোংমদি নৎত্রগা মিৎকুপসিমক
খঙলক্কনি নহাক শোয়দনা
নহাক হুখরে হায়বসি;
মতমদুদা নহাক্না খঙলক্কনি
ঐসে নঙগী কনানো??

## (৪০)

## চেক্কোন

কল্লি কল্লি চেক্কোন!
ফজৈ ফজৈ চেক্কোন!
থোৎলি থোৎলি চেক্কোন!
কল্লি, ফজৈ, থোৎলি চেক্কোন!!

কল্লি কল্লি চেক্কোন
খূনিং খোঙশা কল্লি
মখূৎ অদু কল্লি
খূৎশাশিং অদু কল্লি
য়ু-য়ু লাউনা কল্লি
লাইরবশিংগী অশেংবা খূৎনি
কল্লি কল্লি খূৎশাশিং
কল্লি কল্লি চেক্কোন!

ফজৈ ফজৈ চেক্কোন
অশঙবা চীংযা তময়া, চীংথক চীংচেপ
উরকই যেংগে খন্দনা যেংথোক্লুবদা
স্বর শাজেলগা লোয়ননা ব্লারুবগী
থৌনা পীরি ব্রাগনু হায়না অশঙবা অদুনা
শু —য়াম্না যাম্না শু
নচা নশুগীদমক, ইমা-ইরমদমগীদমক
ফজৈ ফজৈ অশঙবা
ফজৈ ফজৈ চেক্কোন!!

থোংলি থোংলি চেক্কোন
থোংলবী খূৎ কয়া লাক্লি
মরক লিংনা মরক্তা
তূমিন তূমিন মান্না;
ফোঙদি ফোঙনরকই তূমিন তূমিন
কনানো করিনো কদায়দৈনো
অমগা অমগা মশেনগা মশেনগা
মকাদি ফোঙনদে কিনবনা চেকপুবু;
থোংলি থোংলি খূৎ
থোংলি থোংলি চেক্কোন!!

---

(৪১)
# মীকপ থোক্লসি ঐখোয়

তুমখুন তাল্লিবা পলেমগী তম্পাক্তা
মতম চাদ্রে হৌগংহৌরসি ঐখোয়
চৈরক্লনি তৃম্বা য়ারিবরা হায়না পলেমনা
য়াওন য়াথেক তৌরসি ঐখোয়।।

মীকপ থোক্লসি ঐখোয়
অশেংবা অচুম্বা থিরসি
থৱায় থাবা পাম্মৃরগুমসি
ইরৈবাক্কী ইজাতিগী ইরমদমগী।।

খোঙ্গুল লীরুরসি ইপা ইপুশিংগী
তেমশিংনখিবা য়েক্লবা কয়াবু থৌনা ফনা
থৱায়দগী হেল্লবা নুংশিরবা ইমা লৈবাক্কী
নীংতম্বা ফংনবা লালফমদা।।

নাৎ নাৎ খৃদিংগী শক্তম ওক্লবা
অপুনবা নাৎ অমত্তগী খোল্লাউদা
লাউরসি ঐখোয় অমত্তা ওইনা
'জয় পলেম ইমাগী জয়!!' ।।

(৪২)

## খুরুমজরি

খুরুমজরি থৱায় হকচাং অনীনা
চঙজরি ইমা নহাক্কী খূয়াখাদা।।

লাল্লবসু ইবাল ঙাকপীনি
চঙজবসু চঙজফম পীবিনি
হৈজদে ৱাহৈ লৈচল কাংজবা
ইমা নহাক্লা পেনবীনবা।।

পূক্লীংগী ওইবা পূক্লীংনা পীবা
শেংলবা ৱাহৈ মঙা-তবাসিনা
নিজরি হিংজবা পুক্সিগী ওইনা
ইমা নহাক্কী খূযাখাদা।।

কল্লকচদে, পামজদে কবিসু
নিজদে, নীংজদে অহেনবা
লাঞ্জদনা হিংজবা, ৱাজদনা লৈজবা
পীনবীযুনে পুক্সি চুপ্পা ইমা নহাক্লা।।

খুরুমজরি শেংলবা পূক্লীংগী মন্দিরদা
কচ্চরি থম্মোই লৈকোনগী লৈবাংসে
পুন্নমক্তগী হেল্লবী ইমা নহাক্কী নফমদা
ইমাগী খূয়া-থম্বাল শোক্লদুনা।।

খুরুমজরি থৱায় হকচাং অনীনা
চঙজরি ইমা নহাক্কী খূযাখাদা।।

মিহুলগী খোঙচৎনা অর্তি কাংশিনি
শিহুজবিবা মিৎম্না মিৎলু পিবাংনা
শেংদোকচবি মন্দিবসে তত্তনা নুংতিগী
পেন্দববনে ইমা লৈজবা খবগী সেবাসে??

হে বিশ্ব-প্রেমগী মশক ওইববা ইমা!
লৈজদে ব্রাতৈ ব্রাতা ইমানা পেনবীনবা
কচ্চদে হৈবাং-লৈবাং ইমানা পেনবীনবা
খঙজদে ইমাদা কবম্না চঙজবা।।

মাযানা কৃপ্লবা মালেমসিদা
পাপনা থল্লবা নচা ওইবিবা ঐবু
ঙাকপীযুকো ইমা! ইবাল পুন্নমক্তগী
লুপহনবীযুকো নচাবু পুন্যগী ঈচেলদা।।

পীনবীবো আর্শিবাদ নচা ঐঙোন্দা
শিন্নবীবো থৌদাং নচা ঐঙোন্দা
তাকপীবো পুন্নমক নচা-ননাই ঐঙোন্দা
তৌবম্লগে ইথৌ, পাঙথোক্লম্লগে শিন্থা।।

ইমাদি পৃকচেল তপ্লীনি, ধর্ম্ম চেনবীনি
লৌশিং লৈবীনি, থৌন' ফবীনি
কচ্চবি থব্রায হকচাং অনীমক
খুকমজবি ইমা নহাক্কী খৃযাখাদা চঙজবদুনা।

---

## (৪৩)
# করি ওইরিগবা

করি ওইরিগবা
কুমওন কয়া থেংনখিদ্রবা
চান্নবী মাবু কবম লেল্লিগবা!
চান্নবী মাবু কবি ওইবিগবা!!

পুন্সিগী নৈকোন অমদা
শক্কা শক্কা খঙনখিবা
থম্মোই থম্মোই শিন্নখিবা
চান্নবী মাবু কবি ওইবিগবা!!

চিক্লবা অহিং কযাদা
থম্মোই-থম্মোইগী ওইবা
ৱাবী কযা শাখিবা
চান্নবী মাবু কবি ওইবিগবা!!

খুৎশেমগী ফজবা মবক্তা
মোমোন মীনোক কযাগা
পুন্সি-পন্থুং লেপ্পখিবা
চান্নবী মাবু কবি ওইবিগবা!!

মঙলান্দা লাকই, মঙলান্দা মাঙখি
চৈসু লোযনবকই, মিৎযেংদুদি হোংদে
ঐনি হায়দুনা নোক্লম্মী
চান্নবী মাবু কবি ওইবিগবা!!

নীংশিংবনা পীবিবা চৈথেং
যৌবনগী নুংঙাইবা তাংককসু নীংশিংলুবগা
পীবি অৱাবা চৈথেং
নীংশিংহন্দে নুংঙাইনা অমুক্তা
চান্নবী মাবু কবি ওইবিগবা!!

অমুক্তি উননীংই চান্নবী মাবু
মীনোক মীশা কিদনা
লোন্না-চীক্লা ঐখোয অনীদা
অবোইবা পাউদম তম্লমগে
অবোইবা মিৎযেং থম্লমগে
কিন্থবক্লবা পুন্সি মুর্তি মতমসিদা:
চান্নবী মাবু কবি ওইবিগবা!!

## (৪৪)
# ইঞ্জিনিয়ার সাহেব

মনীংথোঙদা চঙবা, মনীংথোঙদা থোকপা
হে নুপা! নহাক ইঞ্জিনিয়ার সাহেবনিনে;
মন্ত্রীগী ফিজু-ফিজামবু তৌবরা
মচা-মশুগী অমাংববু শেংবরা
মৈতান ব্রাৎপা পান্নবরা
চৌকি-সোফা শেন্নবরা
মিরাং-তুরাং কম্প্লোকপরা
ইকাইদরা হে নুপা! নহাক ইঞ্জিনিয়ার সাহেবনিনে
লেমনা লৈয়ু ব্রাখল নুংঙাইবনিনে।।

ইঞ্জিনিয়ার সাহেব কদায়বু কৌবগে?
আইট এমএমবু সিক্সটিন এমএমনি হায়বা ঙম্ববা
ফুট অনী লুববু মঙা লুবনি হায়বা ঙম্বরা
তবা ফংবদা চামা ফংই হায়বা ঙম্বরা
ব্রার্ক সাইট মরক-মরক্তা ফাওবা চংতবরা
থবক্কী ক্বালিটি অমসুং মিজরমেন্ট য়েংদবরা
সপ্লাইগী ক্বালিটি অমসুং ক্বান্টিটি য়েংদবরা
নহুমগী পৈশা কদায়দগীনো
পুম্নমক্কা খঙঙিনে নহাকপু
হে নুপা! নহাক ইঞ্জিনিয়ার সাহেবনিনে।।

তৌজরুবা পাপকী মহে নৎতবরা
লম্বী থোঙ ফত্তবমখৈ ফত্ত্রিবসে
মৈ-ঈশিং মরাং কায়দবমখৈ কায়দ্রিবসে;

পাপকী মহৈনা মতম্মা লাক্লবদা
ফংজরেদো পাপকী ফিদা অমা
মিত্রং যাদুগী ফিদানি
মৈখাক-মৈরেমগী ফিদানি
তৌজরুবা ফল লেম্মা মাঙদেদো
পাপকী ফিদা ওইনা উদববা
ঙসিদি ফম্মু ফম্মু হায়বেদো ফিদাসিদা॥

নশক্না নশক ফজবিবা
নতৌনা নতৌ লৈবিবা
নচুনা নচু শেংলিবা
নগুন্না নগুণ চেল্লিবা
অদুগা —
নশানা নশাবু মীনমজবা
নশানা নশাবু থাজদবা
হে ইঞ্জিনিযাব সাহেব! নখোয় পুম্নমক —
হো নোংদম্বা, থাংগবা, নাথৈবা, মৈতংপা
নখোয জাতি অসিগী
মখোঙ তৎলবা যুম্বী ঙাক্তনি
মখোঙ তৎলবা যুম্বী ঙাক্তনি!!

---

## (৪৫)

# মৈতৈ অপণ্ডবা

মৈতৈ অপণ্ডবা!
ৱানৌ চাবা অপণ্ডবা
ৱাজাউ ওইবক্কদবা ৱানৌবু মাঙহল্লিবা
করম্না 'পেপব ফেক্তরি' লিংদোইনো??

মৈতৈ অপণ্ডবা!
উজ্জাউ কয়াবু মৈ থাদোক্লুনা
মৈতান লোকইবা মৈতৈ অপণ্ডবা
কবম্না 'বনমহতসব' তৌদোইনো ??

মৈতৈ অপণ্ডবা!
ঙসিনা মথেল তবা
তঙ্খায অমনা লুখাক কোমদা;
হয়েংনা হংচিংনা মশেমনা
চমফুৎ, চমথোং অমদি চেংয়েন
কবম্না 'ব্যালেন্স ড্যাইট' শীদোইনো??

মৈতৈ অপণ্ডবা!
চৎনবী ত্রেডিসনবু লেঙদবনি খনবা
মঙানি চাক্কৌববু চৎনবীরা
হাওনা থোংলগা হাওতনা চাববু চৎনবীরা
করিগী অদুগা লেমহল্লিবা চাবাক চাবাক
থীবাক-থীবাকুম — য়েন্না খোংপা মানখৈ॥

মৈতৈ অপণ্ডবা!
লেমহনবগী পাম্মূবা ফাওদবা
হুনচেকপগী নিয়ম থমদবা
ফজ্জে ফজ্জে থাগৎনরিবা
হো মৈতৈ অপণ্ডবা!!

মৈতৈ অপণ্ডবা!
নোংমদি মৃৎখিনি তান্নদববা মৈতৈ জাতিসে
নোংমদি বন্ধব থমখ্রবা (বোন্দেদ) মীনাই
ওইবক্কনি কিদববা মৈতৈ জাতিসে
নোংমদি অনুতাপ লাক্কনি খন্দববা??

খোযদাজবী নুজাওইবী অমগীদমক
ব্রাহৈ-ব্রাতা শোয়নখিবা অমগীদমক
শাউনখিবা মরম অমগীদমক
করিসু লৈতবা মলোম অমগীদমক
মশেন-মশেন হাৎনবিবা
হো মৈতৈ অপণ্ডবা!
মৃৎলনিদা — শোয়দনা মৃৎলনিদা!!

লাল্লে হায়না শেংদোকপবু পাউরা
মলোম খরগী কাপথৎলম্ববু পাউবা
মী কিদনেপ তৌখিববু পাউবা;
লাইবরবী ইমানি কবিগী হায়নীংদ্রিবা
লাইববা তাবনি শুদি শুনীংদনা
লাইরবা তাবনি থবক হৈতবনিনা
হো মৈতৈ অপণ্ডবা!
মৃৎলনিদা — শোয়দনা মৃৎলনিদা !!

খম্ভুদবরা মীশিং কয়ানো নখোয়গী
খম্ভুদবরা মীশিং কয়ানো মখোয়গী
খম্ভুদবরা মীশিং কয়ানো মহাদেশ অমগী
খম্ভুদবরা মীশিং কয়ানো মুসলিম চৎপশিংগী
খম্ভুদবরা মীশিং কয়ানো খৃষ্টান চৎপশিংগী
খম্ভুদববা মীশিং কয়ানো হিন্দু চৎপশিংগী
খম্ভুদবরা মীশিং কয়ানো জাতি চৎপশিংগী
খম্ভুদববা মীশিং কয়ানো মৈতৈ জাতিগী
হো মৈতৈ অপঙবা! 'মৈতৈ
মৃৎলনিদা — শোয়দনা মৃৎলনিদা!!

নুংথিন্দা তৃম্বা হো মৈতৈ অপঙবা'
নুংথিন্দা শিকম-শিকম তৌবা হো মৈতৈ অপঙবা'
থবক থিবা হৈতবা, থবক শুবা হৈতবা'
চাবদা ঈকাই খঙদবমখৈ চাবা
তৃম্বদা অশিবগুম হৈতনা তৃম্বা
হযেংগী খন্দনা তৃম্বা ঙম্বা
তুংগী ব্রাখল্লোন থমদনা তৃম্বা ঙম্ব'
হো মৈতৈ অপঙবা!
মৃৎলনিদা — শোয়দনা মৃৎলনিদা!!

সাহেবকীদি পুজাবি ইমাগীদি মণিমতুম
মসিবু মৈতৈ নখোয়গী শিনফমলা
মসিবু ইমাগী অশেঙবা খোল্লাউবা??
মসিবু ইমানা তাকপীবম্বা শোয়দ্রববা??

চৎলু চৎলু হো মৈতৈ অপঙবা'
তুং হন্দুনা চৎলু নমিৎ উইশিল্লগা
অমাঙ-কোমদা তাজনবা;
চৎলু চৎলু হো মৈতৈ অপঙবা'
মায় ওল্লগা তুং হন্দুনা চৎলু।।

কবম্বা মতমদা মালেমগী লমজেল যাওদোইনো?
মতম লৈবি মৈতৈ অপঙবা
শুবা নোম্বা হৌবসি মৈতৈ অপঙবা
কোক থাদবসি শুবদা নোম্বদা
থম্মোই শেংনা কখোকপা অমগা লোযনন';
ঐখোয মশেন মতেং পীনবসি
মতম লিক্লা লৈবি মৈতৈ অপঙবা
মালেমগী লমজেলসি অমুক্তদি যাওসিদ''।

---

(৪৬)

## চৎলোনে কায়নরসি

চৎলোনে কায়নবসি লৈহৌরগে য়েংঙমদনা
লাপথোকনরসি, উনরগুমসি, নীংশিংনবগুমসি
চৎলিবা মপোকসিমগী ওইনদি।।

শিন্থুনগুমসি পিবাংনা ঈচেল শেমদুনা
মানখিনি পাণ্ডবা-পাণ্ডবী নঙ ঐসে
হোংদোক্লসিনে পম্বুং মপোক অমগীদমক।।

শেন্নগুমসি হৌখ্রবা ব্রাহ্মেশিংনা
ঙসিগী ওইথোক্লরোইদবা পুন্সি
ঙাইমিন্নবসি মথংলাংওন অমা।।

পামজ-মপোক-লাংওন অমদদি
ঙাইবমগেকো, ঙাইবম্মুকো, ঙাইর্নাসিকো
মপোক'সিমগী ব্রাবু নীংশিংদুনা।।

চেন্থবক্লিবা লেপত্রবা পিগী ঈচেলনা
চামথোক্লসি মুক্তিফাওবা হন্না হন্না
থম্মোইদা য়েক্লুনা থম্নখ্রবা ব্রাবীশিংদো।।

পামজ-মপোক লাংওন অদুদদি
অসিগুম্বা ব্রবীশিংনা য়েকহল্লমসিকো
মশক-মণ্ডাল অমা অপুনবা থম্মোই অনীগী লৈমাইদা।।

## (৪৭)

# য়াওরুরসি চাউখৎ লমজেল

যাওকুবসি চাউখৎ লমজেল মালেমসিগী
যাওবসি লমজেলসি মীথীদা তাববসু
থাদোক্লসি কান্নদ্রবা চৎনবী মখৈ
হৈবসি চাবা, থকপা, তূম্বা॥

লেঙদবা ভাবক ওইবদি কান্নদবনি
চাউখৎপা ঙমদনা লৈবগনি
ভাবক ওইদুনতা লৈববদি;
যাওকুবসি চাউখৎ লমজেল মালেমসিগী
খঙলসি মৈ-ঈশিং শিজিন্নবা
কাউনবগুমসি মৈ-ঈশিং শেলনি
শিজিন্নবগুমসি মৈ-ঈশিং শেল পীদ্রবদি
শিজিন্নবসি মৈ-ঈশিং লিক্লা লিক্লা॥

লমজেল যাওবা ঙম্নবা
তৌবসি লমজেলগী শাজেল
শুবসি থবক কন্না কন্না কোক থাদদুনা
লমজেলগী ফিজেল থোনবা ঙম্নবা॥

খঙলসি থবক কবম্না শুগদবা
হৈবসি থবক খেঙচৎ যাংহন্নবা
বাংহল্লসি পাব কেপিটা ইনকম
অদুগা —
যাওকুবসি চাউখৎ লমজেল মালেমগী॥

---

## (৪৮)

## নত্তে

মচীনচৎপা অঙম্বদুনা হায়রি –
'লো এগু ওর্ডর ফত্তবা নত্তে
লো এগু ওর্ডরবু লান্না শিজিন্নবগী ৱানি;
লম্বী-থোঙ ফত্তবা নত্তে
লম্বী-থোঙ শেমবা হৈতবগী ৱানি;
মৈ-ঈশিং মরাং কায়দবা নত্তে
মৈ-ঈশিং লৌশিন্নবা থৌবাং ঙমজদবগী ৱানি;
হিদাক-লাংথক মরাং কাযদবা নত্তে
হিদাক-লাংথক হেন্না থক্তোকখিবগী ৱানি;
চীংমীশিং য়েংশিনবীদবা নত্তে
লাপ্পনিনা য়েংবদা খর চিথবগী ৱানি;
লালহৌবগী ইরাং লোইশিনবা ঙমদবা নত্তে;
লালহৌবা কয়া লৈ খঙদবগী ৱানি;
মহৈ-মশিং নিংথিনা তম্বীদবা নত্তে
হৈগদবা ছাত্র-ছাত্রী লাকপীদবগী ৱানি;
শেঙ্গা-থুমজা কনাসু তৌবা নত্তে
সরকারনা হিসাব পাবা হৈতবগী ৱানি'।।

---

## (৪৯)
## নহাক্কীদমক

নহাক্কীদমক —
কবিনো অমদি তম্মীংই
নহাক্কা পেনগদবা অমা খল্লগা
নশকসু খঙদে, নমিংসু খঙদে
খোঞ্জেলতনি তাবিবা নুংতিগী ॥

নুংতিগী হৌদোকপীবি নহাক্কা ঐহাকপু
কান্নদ্রবা মঙলান কমা নমথেক্লুনা
ঋতুগী খোঙচৎ মতুংইন্না
হৌদোকপীবি মবিদা, মবিমখায়দা
কবিগুম্বদনা মঙাদা, মঙামখায়দা ॥

খোঞ্জেলখক্লনি ঐহাক্না খঙলিবা
নহাক্না অসুম্ন হায়খিবগুম তৌই —
'অল্লাহু অকবর, অল্লাহু অকবর,
অল্লাহু অকবর, অল্লাহু অকবর।
অশহদু অল লা ইল্লাহা ইল্লল্লাহ,
অশহদু অল লা ইল্লাহা ইল্লল্লাহু।
অশহদু অন্না মুহম্মদব বসুল্লহ,
অশহদু অন্না মুহম্মদব বসুল্লহ।
হৈ যাআ লশ সল্লা, হৈ যাআ লশ সল্লা,
হৈ আল্লল ফল্লা, হৈ আল্লল ফল্লা।
অশাল্লতু খৈকম মিননলোম,
অশাল্লতু খৈকম মিননলোম।

অল্লাহু অকবব, অল্লাহু অকবব।
লা ইল্লাহা ইল্লল্লা।'
ঐনা অবোইবদা অসুম্না তাবগুম তৌই –
'হৌগৎলো! হৌগৎলো!!
তৃন্বা মতম নৎতবে!!'

নহাক্কী নুংতিগী পাউজেল অসিগীদমক
নহাক্কা ঐবু নুংতিগী হৌদোকপীবগীদমক
কবিনোমদি শোযদনা তম্লগে লেপ্লবনি ঐহাকসে
নহাক্কীদমক, নহাক্কীদমক।।

---

## (৫০)

## মালেম

অশিংবা অহিংবা অনীগী মালেমনি
হোংদবনা অশিবনি, অহোংবনা অহিংবনি
হোংই খঙদনা হোংলিবা
অহোংবা নাইবা মালেমনি
অহোং-হোংদ খাযবিবা মালেমনি।

উক উক লৈবি মালেম
উংজা পুখৈ যেংলি মালেম:
চাউবগী লোইবা নাইদে মালেম
পিকপা খঙদবনা শেল্লি মালেম;
কৈদৌজরুনি খন্না হিংনবি মালেমদা
মালেমগীদমক খনবদা মীপাযনবি কযা'মনা
মালেম নৈনবদা মালেমমুক চাউবকই
ৱাথোক-নুংথোক থোক্লিবা মালেমদা।।

মালেম! ইমাগী ইবুংঙো মালেম'
হৌগৎলো নমায নমিৎ তাথোক্লো
অদুগা য়েংলবো খোযদানা অমুক্তদি
মালেমসে কযাদা মালেম মাল্লিবা।।

# (৫১)
# অবাং শেকমাইরোমদা

'অ'না নীংতম্বা পীয়ু হায়রি
'আ', 'উ', 'ক', 'ন' — অসিনচিংবা
কয়ানা হাযবি — 'নীংতম্বা পীয়ু';
য়োং হৌদোংনসু হায়রি
হঙোই কৌজেংনসু হায়বি ।।

অমনসু অমনসু হাযবি — 'নীংতম্বা পীয়ু';
'কোন্সম' শাগৈসু হাযবকপা যাবি
'লাইশ্রম' শাগৈগী হাযবা হৌখ্রে
'অজ্জাদ' শাগৈগীদি ৱাবেপ লোইখ্রে
'পিটব' শাগৈগীদি পীববনি খন্না হিংলি।।

কবিগুম্বা পীবক্লবা নীংতম্বা দিল্লীনা
খৃদিং খৃদিং খৃদিংমক্কী
ঐদি যাওজহৌগে অবাং শেকমাইবোমদা
নাংকী চৎনবীবু ঙাক্ল-ঙাক্লদুনা
অশিববু চবেৎ চবেৎ নেৎচবগা
হিংজহৌগে চৎনবী সেবা মতোন লোম্না।।

---

## (৫২)

# মণ্ডলানগী পাউজেল

ওইনা চাবা নহাক্তি
যেৎতা কমান হাপ্পু;
য়েৎসু ওইসু চাবা নহাক্তি
ফৈগন্দা রুমান তিংথোকই;
চীননা চাবা নহাক্তি
পুখমদু থাঙ্গৎলগা লৈয়ু;
চীননা চাবা মখোয অতৈগীদি
রাবীকনু নহাক্লা উবা ফংদবনিনা॥

চন্দ্রনদিগী আশাদা যেংলুনু 'কমল'গীনি
নঙনা যেংনীংলগা নঙগীদা যেংঙু;
নবৈবাক নীংগে খল্লুনু কৈনোগীনি
নীংজবা পাম্লগা খব খাযবকউ হাযযু;
থম্বালগী লৈক-লৈনমদা থাকনু 'অঙাংহল'গীনি
নঙনা থানীংলগা থাও উথম্বাল অমা॥

স্বব হেনবা ফাওবা তনবা নঙদি
শিব ভাইনা ভাইনা তল্লু;
মতম খুদিংদ শুনীংবা নহাক্তি
মোমোন মীনোক্তা অমব ওইযু
ভীষ্মদেবনা অমব খব খাকঅমর্বনি॥

---

## (৫৩)

# নহাক্তি খঙলোইনে

নহাক্তি খঙলোইনে, উবোইনে হে অচৌবা!
চাউববা বঙ্গলো মনুংদা লৈরিবা
হে অচৌবা! ঐখোয়গী অচৌবা!
নহাক্তি খঙলোইনে, উবোইনে!
কনা কনা কবি চাবি
কনা কনা কবি থক্লি;
মৈতৈ নহা মচা কয়া
কুকি নহা মচা কযা
নাগা নহা মচা কযা
মুসলিম নহা মচা কয়া
শেন্নবিনবা কনা লৈতবগুম
চীংগী তমগী নমথী-নমথীববা
কাচিন কোযা কয়া কয়াদা
চাবি, থক্লি, ঙাওবি, তুবি
নহাক্তি খঙলোইনে, উবোইনে হে অচৌবা!!

মখোযসু মখোয়গী হিংনবগীদমক
য়োল্লি ফৈ খঙনরা, ফৈ খঙদনবা
মর্দুদি হংলক্কনু হংফম থোক্তে হায়বিনে;
নঙসু ঙম্লবা হিংউ, ঐসু ঙম্লবা হিংগে
অসি নত্তবা পুন্সি, হিংন-হিংনবগী থানি
নহাক্তি খঙলোইনে, উবোইনে হে অচৌবা!!

## (৫৪)
# ঐ অমদি নিশা

নিশানা ঙাওহনবা ঙমদ্রবা ঐনা
থিকবি নিশাদুবু হন্না হন্না
ঙাওনননবা পুমঙাও ঙাওননবা
অদুগা নীংশিংবা থোক্তনবা
নীংশিংববু পুদুনা চত্তনবা।।

ঐনি নিশানা পুবিবা
ঐনি নিশাবু পুবিবা;
মহাক্না হংলকপা বাহং খুদিং
ঐনা শোযদনা খুমগনি;
ঐনা হংখিবা ৱাহংাদ
মহাক্না কৈদৌঙৈদা খুমখিদে।।

---

# (৫৫)
# নীংতম শেলহৌ

নীংতম লালহৌ ওইরমদ্রে নীংতম্নবা
নীংতম শেলহৌ ওইরম্লে নীংতমশ্ত্রবগী;
খণ্ডনদবননি হান্না ফংলমলে নীংতম্বদি
নীংতম্নখ্রে নীংতম লালহৌশিং
নীংতম্নশ্ত্রবনিনা অপাম-অপাম্বা তৌনবক্লে
শেল লৌগে কুশি, শেল মুনগে কুশি
নুপী হাংকে কুশি, নুপী ফুগে কুশি
মশেন হাংনগে, মবোন নত্তবা হাংনগে
মীচম কাপকে কুশি, মীতোপ কাপকে কুশি
ধপ তৌগে কুশি, হায়নীংবা হায়গে কুশি
নীংতম্নবনিনা কুশিদা কুশি॥

প্রজাদগী চৈঙাক ফংদবগী মবম
প্রজাদগী ঈগীদান ফংদবগী মবম
ওইবম্লে পুম্নমক নীংতম্নখিবনা
'অ'সু 'আ'সু .... 'ক'সু 'খ'সু
'ং'সু, 'ঃ'সু, 'ঁ 'সু 'ৎ'সু;
মবমসিদৈ, নীংতম শেলহৌ হৌবি
শেলগী অন্নাংপা লৈতনবা॥

---

## (৫৬)

# অঙকপশিংগী মনুংদা

অঙকপশিংগী মনুংদা
অঙকপা মশেল খঙনদনা ঙক্লবি
খঙনরবা অঙকপশিংগী মনুংদা
অঙকপা অমনা অঙকপা অমবু
উনা উনা ঙক্লবি॥

মালেমদা অঙকপা লৈ
অঙকপনা মালেমবু ঙকই
মালেমনা অঙকপা খূদিংবু উঙমদে
উবিবশিংদ' অঙকপা- ঙক্তবা খাযদে'কঙমদে
অঙকপা ঙক্তবা অনীগী লৈইসু
ঙক্লা অদুম লৈবি॥

অঙকপশিংগী মনুংদা ঐ অমনি
ঐগী নুপী, ইচা, ইমৌসু অমমমনি,
মবমদি –
পুন্নমকনা অঙকপা খঙদে
অমনা অমবু ঙকই হিবম খূদিংদা
অমনা অমবু ঙক্লা অদুম উই॥

পুন্নমক্তগী হেন্না ঙকলিবদি -
হংলুবদসু 'অঙকপা' গী ব্রাহম্বোক্কী মবমদ'
খূদিংমক পাউখুম পীবা ঙমদনা ঙক্লা লৈ
অঙকপবু খঙনদনা অমসু অমসু ঙক্লবি॥

## (৫৭)

# ঐনা কেনগে কেনবরা

ঐনা তুগে তুবরা
খোঙ, খুকউ, খুবোম কৈদৌদে
ওইংগী লৈমকোনবী মহাক্লসু কৈদৌদে;
ঐনা তুখিবদি —
চৎনা চৎনা লৈঙাক শাসন বাখল তৌরিঙে
উতুপ মকক মকক লংশিল্লকই
চাক্লিবা ইফিজি পায়দুনা চুগেবু তৌরকই
কিথী-কিরুম খুদি থীদুনা তুববু
ঐনা তুগে তুবরা??

ঐনা কেনগে কেনবরা
মালংনসু নোংজুনসু কৈদৌদে
খুবক্কী ঈনসু চৈশাং পায়না থিল্লক্কে
খুবক্কী ঈদি হঙ্গৎনা ফাওবা য়েংঙক্কে;
নোংলৈ নুংশিৎনা-কৈদৌদে ইনঙ্গনগুম্লি
অকংবা মনা খর কেনবদনি;
ঈথক ঈপোমনা কৈদৌদে
অরীবা মরা খর পুজখিবদনি॥

ঐনা কেনখিবদি
খঙলাউ খঙলাউ হৌনা হৌনা লাউশিল্লকই
অশাবা স্বর শাংনা শাংনা কামশিল্লকই;
মহূ চেনবা অশাবা স্বরনা য়ৈবদা
কেনখিবনিনে ঐসে কেম্নীংদ কেম্নীংদ
'সিবু, ঐনা কেনগে কেনবরা??

---

## (৫৮)
# মোমোন্নবী মরক্কুদা

মেরা থাশিগী অহিংদা
দিপানিতাগী লংলবা মৈঙালদা
শকফম হোংনা মকে শেম্না চৎলিবী
মায়থোঙ মোমোন্নবী মরক্কুদা
ঐসু অদুম ময়াওরুই ॥

হৈনীংদে হায়খিনি হৈনীংবা শাদুনা
কুমওনগী য়াউশঙ থাবল খোঞ্জেলদা
থাবল-ফিজোল শেংনা লৈতেংলবী
মায়থোঙ মোমোন্নবী মরক্কুদা
ঐসু অদুম ময়াওরুই॥

মায়থোঙ ফিজোলগী ফজবদা ঙাওজবী
ঙসিনা করি শেৎপা, করি ইনবা
শোয়রবা খোঙথাং অমদা তুংইল্লবী
মায়থোঙ মোমোন্নবী মরক্কুদা
ঐসু অদুম ময়াওরুই॥

চিক্লা ইদোম ঙায়রবা মতমদা
হংজে ঐনা ঐঙোন্দা তারিবা মমিদা
লাল্লে শোয়রে খঙনা খোঙথাংলবী –
'ঐখোয়বু কদোমদনো'?
'ঐখোয়না তৌদৌরিসি করিনো'??

---

## (৫৯)

# ওইজরম্নবদি

ওইজরম্নবদি —
ওইজবম্নবদি পাখণ্ড নওগী মতমদা
ওইনজবিবী য়ুমগী মমানা মমা ওইদ্রিঙৈ
পাখণ্ড শরী ওইবসু কায়দবা
ওইনজবমগনি ননাক্তা ব্রাহং কযা পুবদুনা
হংলুনিদো ননাক নক্লা ব্রাহং অমা
'ওজা! 'সিগী অঙ্কসি অমুক্তা তাকপীয়ুবা'
খুমলক্কনিদো মোমোন্নবী মিংযেংদা নহাক্লা
'কবিগী অঙ্কনোনে'?'

খুম্লুনিদো অমুকসু ওইনজনা
'নীংতম্বগী অঙ্কনিদা
কবম্লা নীংতমগদগে, কবম্লা নীংতমদ্রিবনো?'
মিংযেংদো নহাক্কী নহাক্লা উৎলকপা
কয়াদা য়েংজনীংলিবা ঙসিগী ঐনা।
ঙসিগী মিংয়েংগা কদায়দা খেন্নদৌবিবা??

(৬০)

# কোব্রুরোইদবা মৈচাকনি

কোব্রুবোইদবা মৈচাকনি পুন্সিসিগী
অসুক খাঙবা য়াবা মৈচাকতি
পুন্সিগী অমুক হন্না লাক্লুবোই
কবিগী তাক্লমদনা উহল্লিনো মিৎমাঙদা অসুম্না
কবম্বা পেন্দবা লৈহৌবনো নহাক্কী সংসাবদা।।

অবানবা ওইনা উত্মব নহাক্কী সংসাববু
য়াবৌ-পৃক্লৌ থম্লম্লনি পুম্নমক্ত
মাঙদা থাজবা মশক অমতা উবমলবোই
চৎকে নীংনা চংলববনে হো মকপা।।

নীংশিং নীংশিংলগা হেল্লি মৈচাক।
নীংশিংদবা ভুমদবা পুন্সিনা
নীংশিংদনা কবমনা লেনদোইনে
মসিমতংদি খঙ্গিবিয়ুকো হো মকপ নহাকনা।।

লৈখোক্ত খুইববী লৈমন চনখ্রবী লৈনাশিংনি
মিৎফম হোংদনা যেংঙবি ভুসিসু
সংস্কাবগী মৌব মৈশা, মৈচাক খেঞ্জেল
লেপ্পা লৈতনা যৌবক্লি মিৎকুপসিসু ।।

ঐসু লাক্লুগে ননাক্তা পুন্সিগী ওইনা হো মকপও।
খুৎলাম তোযনা কৌবকউ
হাযনীংবা লৈহৌবা তাবগে
বাৎহৌবা মেঞ্জগে মৈচাকসিদং কোব্রুব ।।

---

(৬১)

# তাংজবী উরিনি

তাংজবী উরিনি
তাংজনা হিংজবিবা পুন্সিনি
তাংজনীংখি নক্ক-নাক্তা হৌবি-উপালদা।।

ওইবন্নে উপালদুদি উপালদুদা তাংজ
শাৎলিবী মেলৈ লৈস্না লৈবাংলেনগী
তাংজবী উবিগী কবি উপাযনো
যেৎচবা তাখি তুমশিৎ-তুম্নাংলক্তা
হিংমিন্নবা তাখি মখোযগা ঈবোয়ননা।।

তাংজবী উবিনা কনাবু ঝাবৌগনি
মপোক্লা লাইবক থিবকটেং
অনুতাপকি মৈশা লাংলবা মৈবি
ইদোম চুখৎচবা তাবনি
ইদোম চাকচচবা তাবনি
ইদোম খাণ্ডজবা তাবনি
মৈবিদুদা য়াওবিবনি – 'সিমতংদি তম্বীয়ু
লাণ্ড্রবী উবিগী নীংশিং ঝাবী।।

## (৬২)
## ঝারৌবা লৈতে

নঙগী ঝাহৈ অমদা
ওইখিবনি ঐগী ঙসিগী পুন্সি
খঙখিদে কবিনো নহাক্কী নবাল
ওইখিবনি ঐগীনা ঐগী ইশক্ক
ঝাবৌবা লৈতে নঙোন্দসু, ইশাদসু।।

অহিংদো শুক্র-ইংন-মঙ্গব
লেপখিদো নঙনা ঐগীদমক;
মতমদো ঐগী তাযোন্নববা ঝাখলদ
চিংনখিদো নহাকপু হঞ্জিন হঞ্জিন
ঝাবৌবা লৈতে ঙাসিদি কনাদসু।

তুংলমচৎকী পুন্সিদা ঙসি ওইহবব
নিপা অমগী লেপখ্রব পুন্সিন
উৎখিদো অশেংবা অদুদি নঙোন্দা
ঐবু লান্না লৌখ্রবী খুদিংবু
ঝাবৌবা লৈতে, ঝাবৌবা লৈতে।।

ঝাবৌখ্রবা মতুং অমনা অমদা
কায়নখিদো পুন্নমক নীংশিং মমিখক নত্তনা
ঝাবৌবা লৈতে ঙাসিদি ঐনা কনাদসু।

---

(৬৩)

## মিংয়েং

অযুক ৱাকিং চৎলি
থোঙ্গান নাপী হৌবি
যাম্না শোংঙি, যাম্না য়েংনীংদে॥

হল্লকপদা স্বব নমথীবসু কোঙ্গাইনি
চাকখুমদা তত্তনা খৎনবি অমদুগা
মচাগী লাইবিক্কী থোঙ্গাওগী ফুবিৎকী॥

নুংথিনদা তুম্বা নুংথিনদা ঙৈহাক শিবনি
ৱাকিং হল্লক্লগা অযুক্তা তুম্বদি
মতম পুম্নমক্কী ওইনা শিববনি॥

মখাবেম 'তাথোইবা' ৱাকিং চত্তে
থোঙ্গাল নাপী হৌদে
উবোম শুমচিং মমি তাই;
স্বব শাংনা শাংন হোল্লি পোখাবদ
স্বব তত্তনবা স্বব শাজেননি
স্বব তৎলবদি হেক্তা শিবনি
অসুম্না তত্তনা হায 'তাথোইবা'না॥

---

## (৬৪)
## বিধিও বিধাতাও

বিধিগী খোঙলোইদা শাজখি নুংশিবগী জগোই
বিধাতানা তম্বীবা য়াজখি যেৎলুদনা নুংশিববু;
নীংশিংবদি থিংবিবমদে বিধিনা ঐভোন্দা
নীংশিং নীংশিংনা শিন্থবিবা পিবাংসিদি
বিধাতা নহাক্কীনি, শিন্নজববনি পিবাংসে।।

ঐতগী ওইনা লোত্তুনা থমজবম্ব
নুংশিবগী পাউজেল পুদুনা লাকচাখবা
তশেংনা খঙহৌবা কৌবা লৈতনা নুংশিবা:
শিন্দুর্জাখবা পিবাংসু, খোঙদাবকপদ কপকচাখবস
নুংশিবা নহাকথক্কীনি বিধিনা পীবা।

মনেম লৈজদে নুংশিবগী জগন্ত
ভিক্ষাস্য নিজদে নুংশিবগী ভিক্ষাবি ওইনা
নায়ক অমসু ওইজদে নুংশিবা কৌবা নর্তকী,
হৌবা ইতিক্কা নীংঙমদবা কাবগীনা
বিধি বিধাতানা তম্বীববদা অসুম্ম।।

নীংশিংহল্লনু নীংশিংহল্লিবা কবিগীনো
লাক্কনু নীংশিংবা চৎখবো বিধিগী ওন্নৈনবদা:
উইহল্লনু অমতা মোন্দ্রংদসু মঙলান্দসু
কাউখ্রসনু পুম্নমক নীংশিংবা খোক্তবমখৈ
তাউথখবো পৃক্কীং নহাকসু শুন্দ্রংদা।।

তবাববী চিনবান্নি, থোংলবী খজাইনি
হায়খি শোনখি তত্তনা মুকুম মুকুম
করিগীনো হংলি থম্মোই অমনা থম্মোই অমদা
কনাগীদমক্তনো হংলি পৃক্লীং অমনা পৃক্লীং অমদা॥

অমুবা শন্নাংগী শমজিরৈ মফম চারি
কনাগী লৈতেংনো মায়থোঙগীরা নুংশিবগীবা
শন্নু! শন্নু! পামজফমদা থুংলিবা শন্নু
পুন্নমক অমতা নীংশিংহল্লনু বিধিও বিধাতাও!!

---

## (৬৫)

# তাম্মী ওনম্ববসু

তাম্মী ওনম্ববসু মচোই-মচোইগী
য়েকখিবা শক্তম অসে
ইখৃৎমক্লা মৈ চুজবদুনা
তিনশিনখবে অমুক হন্না
থম্মোই লকানুংদা চেৎনা থুপ্লা
হান্নগী শক্তম অদুমক শেন্নদুনা।।

নীংশিংলবোই খন্না, থম্নবোই নীংনা
মকৃপ মকৃপগী তাম্ফি ওলহনখিবনি
ইখৃৎমক্লা মৈ চুজবদুনা
থৱায়না তানা য়েকচখিবা
অসিগুম্বা শক্তম অমগী চিত্রসে ।।

মচোই-মচোইগী মকৃপশিং অসিনা
তাম্ফি ওনম্ববা মকৃপশিং অসিনা
চোংখৎলক্লে অমমমতা ওইনা পুনশিনখিদুনা
অহিংবা জিব অমগুম
তিনশিনখবে অমুক হন্না
থম্মোই লকানুংদা চেৎনা থুপ্লা
হান্নগী শক্তম অদুমক শেন্নদুনা।।

## (৬৬)
## নিশা ঐনা কৌরি

নিশা ঐনা কৌরি
লাকখো উনখিসি অমুক্তি
অরোইবা ওইনা উনখিসি অমুক্তি
লোয়নরদুনা নঙগী নঙগী নপাঙশিং
নখোয় খূদিংমক ঐগী মরূপ ওইবমবা।।

লাপথোকখ্রবদা তাক্লম্বা লৈতনা নখোয়না
ওইহৌরে কান্নদ্রবা পুন্সি ঐগীদি
অমুকসু থেন্নুরি ইশানা ইশাদা
লাপথোকখ্রসনু মখোয়সে মতম চুপ্লগী ওইন'
শোক্তবা ওইরসনু মাগী মাগী মপোৎ।।

মরূপ! নখোয় খূদিংমক্লা
কবিগী য়েংবিরি হন্থনা ঐবু
মপোক্লি, অমর খুভমনি ঐগীদি
পুন্সিনি, পাঙ্গলনি, ইজ্জৎনি ঐগীদি
পীবিবন্নবা তাইবংনা মপোকসিমগী ওইনা।।

হিংজবা ঙমজরোই ইদোম থাদোকপিনু ঐবু
ইদোম হিংববু পুন্সিরা মরূপ নখোয যাওদনা
যাবোইকো হন্না লাকখো নখোয খূদিংমক
ইদোম লেপচবা ঙমজরোই
নিশা ঐনা কৌরি নখোয়বু।।

---

(৬৭)

## পাউ

পাউ তাগে হাযবগনা রেডিওদা
পাউ য়েংগে হায়রগনা খববদ'
পাউ তাগে য়েংগে হাযরগনা টেলিভিজনদা
পাউ থাগে হায়বগনা ডাকঘবদা
পাউ পীগে হাযবগনা পাউ পাবিবদুদা
পাউ ফোঙহল্লোই হাযবগনা . . . খঙ্গলববা'
পাউ ফোঙদবা যাদে হাযবগনা . . . খঙ্গঙ্গেদন:
পাউ য়েংঙোই তাবোই হাযবগনা
সিনেমা নত্রগা স্পোর্ট চেনেলদা।।

পাউ পাউ যাম্না পাউ
লেপ্পা লৈতনা পঙপাদ' পাউ নশা রাম্বুবক্লবা:
পাউ পাউ য়াম্না যাম্না পাউ
চাং নাইনা পোখা পোখান' পাউ:
নথৌনা নরিংজেন লৈনা অর্থ খঙনা পাউ
মীথোই মীহেনবা মীশক অমা ওইননবা পাউ।।

# (৬৮)
# শকখিবনি কায়ন-ঈশৈ

শকখিবনি কায়ন-ঈশৈ
অয়ুক নুংথিল খাক্তনা।।

মাগী মায়থোঙদু উবগা, খোঞ্জেলদু তাবগা
অকাউবনা মাঙজিন থাখ্রবা
পুক্নিগী হৌখ্রবা লামায়শিংদগী
থিজকব্বনি নীংশিংবগী লংজীন অমতং
লাইবকথীবী কনাগুম্বী অমনা।।

নীংশিংব'ই লংলা লংজীন্দা যাওবিবা
শোল্লবা লংলা মকুপ-মকুপশিং'দুনা
ওইখিবনি লাইবকথীবীগী যৌবন-লম্বী;
থদংপীখিবনি লংলাশিংদু অমমমতা ওইনা।।

কনাবু ঝাবৌগনি, কনাবু শক-শোনগনি
লেপখিবনি লংলাদু'ই লংদোন্দা
কাযনবগী শায়োন অমনা
ওকপীখিবনি তবাম তবাম মাবু।।

অঙৌবা ফিজোলনা লৈতেং ওইবদুনা
অমুবা শন্নাংনা মায়থোঙ কৃপ্নদুনা
শকখিবনি কায়ন-ঈশৈ
অয়ুক নুংথিল খাক্তনা।।

---

# (৬১)
# ইবাল

লোৎশিনবিখি ঙাকপিফম থোক্লবা ইবাল
কনাবু খঙহন্দনা, কনাদসু হাযদোক্লনা;
অসুক পূকচেল চাউবী অমা
উববোই মপোক মপোক খূদিংদা।।

খঙনা খঙনা লংজকবা ইবাল
ঙাকপীখি হাযজকবা তৌদনা;
খঙহনখিদবা কনাদসু –
লাইবক ফবা নৎত্রা?
ইকাইজবি ঙসিসু খঙজবক্লগা ইথন্তা।

ওইখিবা নৎত্রা যৌবনগী মতমদো
নীংজবা কনাদা কৎথোকলবা অম';
তায়োন্নববা ব্রাখলনি পুন্সি অমগীদি মতমদে'
অমুবা থম্মোইনি অমুবা খোইগুম।

কল্লকচকবনি পুন্সিনা পুন্সি অদুবু
মিতাজকবনি মীগী অনীংবদি যেংলুদনা
খন্থরুদনা অফ-ফত্ত অমত্তা
ইবালনি ইবাল! ইবাল!
অয়েৎপা পীখিদ্রবা ইবাল!!

## (৭০)
# বিদায় হায়রবরা মপোকসিমগী

বিদায় হায়রবরা মপোকসিমগী
লাক্লরোইদরা ঙাইজরিবী কনাগী 'নাক্তা
ঙাইজরক্লিবনি নহাকপু নীংশিং ৱাহৈনা পুন্দুনা
কোরৌ মশিং থিঙমদনা।।

অরোনবা থম্বীনু অশেংবা খঙহল্লু
করিগীনো কপহল্লবা ঙসি ফাওবা লাইবকথীবীবু
ওইহনবীরনু মৈবি মৈশা হাযখিবা ৱাহৈশিংনা
মৈচাক হাপ্লনূ হেন্না হেন্না মৈৱায়রক্লিবা থম্মোইদা।।

লুপখ্রবরা শুমহৎহৈবী কনাগী মাযাদা
ঙাওখ্রবরা মীনম্বী থম্মোই অমদা
যৌরক্লরোইদরা মোমোন মীনোক ঐগীসু
লোইররোইদরা মীনুংশি খঙদবী নাকেন্থা।।

ঙাইনা ঙাইনা লানখ্রেনে বসন্তগী তাঙ্কক
খুইরবী মায়থোঙনি, মওং কায়রবী শাবান্নি
পলেম পম্থৌগী শাংনা লোয়নজরক্লবী যুম্নি
মাঙ্গোন উখোকতেন্দা অহিং খৃদিং তেংথাবিবীনি
ঙমশিল্লক্তরে ঙাকচবা শিংনরক্লিবা পুক্নি ইজ্জৎ
ওমশিল্লক্ললে নোক্ল ৱাহৈ কয়ানা অকোয়বদগী
বিদায় হায়রবরা মপোকসিমগী
লাক্লরোইদরা ঙাইজরিবী কনাগী নাক্তা।।

---

## (৭১)

## পোথাখিদ্রবা অহিং

ইচিক হুল্লবা অহিং অমা
পোথাখিদ্রবদা অহিং ইমাগী ভম্পাক্তা
পুবিখি ঐবু অসুম অসুম
লাপ্না তাম্না মাযাগী মালেম অমদা।।

পুক্সিদা কবিগুম্বদা মবক-মবক্তা
অসুম্না হাযফম তৌফম খণ্ডদনা
মাযাগী লিপুন্না পুনবিবা
হে পোথাখিদ্রবা অহিং।
মসিবু কবি মতৌ কৌবনো"

কযাদা ব্রাখিবা কযাদা কপ্চখিবা
ঐনা ঐবু ইশক খণ্ডখিদ্রবদা
ঐনা ঐনা মিং কাউখ্রবদা
কযাদা ব্রানা ভাইখিবা
অমম্বা মহাক্লা চংখিবা।।

---

(৭২)

## জুরা

নুপা নুপী জুরা
পাখঙ লৈশা জুরানি
অমতা ঙাইরবা অমা থিরকই
জুরা জুরা শানবা।।

পাখ্রানা অমা য়েংলকই
লুখ্রাবীনা অমা ঙাইরকই;
মসিবু নোক্লবীরি, হন্থনা য়েংবীরি
চৎনবীবু খূৎলায় ওইনা শিজিন্নরগা;
নোক্লবীরিবা হন্থনা য়েংবীরিবগী মবমসিবু
ঈশ্বর মহাকনসু য়ারমগদরা??

অহিংবা হিংদবা জুরা
অহিংবা লৈরবদি হিংদবা লৈগনি
হিংদবা উরবদি অহিংবা লাক্কনি
মরিংনা শাবা শংবাই
নামা হাঙদে হায়নৈদো
অনী অনীনা জুরানি।।

লৈশা মিৎস্লা পাখঙ মিৎয়েং
জুরা জুরানি থানবা য়ারোই
অনী অনীনা জুরানি
অমতা ঙাইরবা অমা থিরকই
জুরা জুরা শানবা !!

## (৭৩)
## ঙাইরি

ঙাইবিবনি ঙাইবিবা হায়নখিবা কনাবু
তাবমদাই কোবৌ মশেক্কী মঙালদা
লাক্লনি তন্নবৈ মপাউখোলসু অদুমক
মালংবদা পাউজেল তাম্থা পীবদুনা
অদুঙৈ অহানবা উনখিব'ই ফিজোল শেত্তুনা।।

পুখ্রেনে পেন্নাইদবা পূক্লীংসে মফমদুদা
অঙৌবা নৈচিনগী ফিবাংজিনা কূপলিবা
অহাংবা অতিয়া লোইনাইদ্রবা
চীংশাং নাপোম নুংশিনা চিক্লবা
ঙাইবিবনি ঙাইবিবা হাযনখিবা কনাবু।।

অমুকসু য়ৌখ্রেনে পূক্লীংসে
চীংনুং লোক্লুং চীংজুম মবক্তা
নীংশিংদুনা নুংশি-যাৰা পাউদমনখিবা
মদোম ইদোম কনা যাওদনা
ঙাইনা ঙাইনা ঙাইবি – ঐহাক ঙাইবি।।

ঙাইবি – য়ৌবক্লনিদা য়ৌবক্লনি
তপথখোনে পূক্লীংও! ৱাবৌখিনু থম্মোইও!
নীংশিং-নীংশিং ঙাইযুনে
ঙাইজমন মাঙলোইনে হে পূক্লীংও, থম্মোইও!!

নুংশিনা পাউদমখিবা কয়া
ব্রারৌনা ওইনখিবা কয়া
শাউশিন্নদুনা চৎখিবা কয়া
ঙাইহি - ঐহাক ঙাইহি॥

খূত্তা লীচৈ অকোনবী পায়রিবনি
খ্বাঙদা পেটি অপাকপা ফারিবনি;
নীংশিংবদি নহা অহল খায়রমদ্রে
নীংশিংলবনিনা ঙাইরি - ঐহাক ঙাইরি॥

---

(৭৪)

# থাজরবদি-থাজদ্রবদি

খোঙগ্রাই শংলিংঙেদ যন্না ব্রাই
খোঙগ্রাও শেংলিংঙেদা পেটি ফাই
কৈনোমা ঙাইবিংঙেদ কৈনোদু ব্রাই
থাংশাং শংলিংঙেদা 'মৈ মক চাই
শেল শংলিংঙেদা মমান ফাই
মবক্তগী শংলিংঙেদ খুদংদ ফাই ।

পাঞ্জি কুনতককত শেল পীগুঁজ
চহী চনীযাঙ্খে পুর্নাশিনবা;
পাহন্দুনা তাহাল্লে ফমুংদগী হেন্দ্রবী নুপীদ
অমমমতা ওইনা কুনতককী লাইফওদে;
নুমিৎ তম্লবী মহাক্লা কযাদা হবাওজবিব
অনৌবা নীফু অমগা তেক চিংগদবা মাল্লিদা ।।

থোং শাবি, থোং মখোঙ যুংলি
'লুখোই' জুগালি ওইনা যাওবি;
'লুখোই! হাপ্লু, হাপ্লু লুখোই'
. . . . . . . . . . . . . . . .
. . . . . . . . . . . . . . . .
. . . . . . . . . . . . . . . .
'লুখোই হাপ্লবা' হঙঙি
'লুখোই হাপ্লে' খুম্মি লুখোই নত্তবনা
লুখোই শিখি থোং শাবা লোইবদা।।

য়োং অমনা তল য়েল্লি
হৌদোংমখে পেন্নদদুনা ব্লাকৎলি
অমনা হেল্লি, অমনা ব্লাৎলি হায়দুনা;
অহেনবা মচেৎতু শেং শেৎতুনা চাথোকই
তল লৈত্রে, হৌদোং মাঙখবে
য়োংদু ঐখোইগী লুচিংবা কৈনোদুনি॥

নোংমদা শাখিদে 'বোম' শহর
নোংমদা তোনখিদে নঙগী ঐগী মৈগী খাজনা
নোংমতা শান্তি লৈখিদে ঐগী মতমগী মণিপুর;
মূন্না মূন্না খন্থমিন্নরগা, মূন্না মূন্না তান্নবগা
খজিক খজিক চাউখৎ- লম্বীবেমদা
চঙশিল্লসি অনৌবা মণিপুব অমগীদমক ॥

নঙনা খোঙবনা নঙগীনি
ঐনা কোকপনা ঐগীনি;
নঙনা নেৎপনা নঙগী পাপনি
ঐনা নেৎপনা ঐগী পাপনি;
নঙ- ঐ নেৎমিন্নবনা
মালেম মূৎথৎলগে হায়বনি॥

মণিপুর মফে হায়রে, ময়ুং লেঙদ্রে
মনিং হল্লগা য়েংলে খুনীংনা দক দক;
অনকপদা উরিবদু সুম লাপথোকখিবদুনি
নখোয়না তৌজ- শারিবসি হায়রিনে
'খাগী, 'ব্লাংগী, 'মাঙগী, 'তুংগী যুম্লোন্নবশিংনা॥

ময়ামসে
থাজরবদি থুদোকখো, থাজদ্রবদি থমাজিল্লু॥



# ইমাখোল পল্লীকেসল্সনা পুথোকখ্রবা লাইরিকশিং

| সে: নং: | লাইবিক্কী মমিং | মখল | অইবা / অইবী | ফোঙখিবা তাং |
|---|---|---|---|---|
| ১। | মৈবা পকেংগী থাওমৈ | (শৈরেং) | লৈশাংথেম ইবেযাইমা | ১৬/১০/০৩ |
| ২। | মঙ্গল অমত্তং | (শৈরেং) | শগোলসেম বিলাশিনি | ২৩/০২/০৪ |
| ৩। | ভনুথঙ্গোংনা পাইখ্রবদা | (রাবি মচা) | জাতিশ্বর সৌবাম | ০৩/১০/০৪ |
| ৪। | ইমাগী খোঞ্জেল | (খোমজিনবা শৈরেং) | কেশো সিংহ ইবেংবা | ০৩/১০/০৪ |
| ৫। | মৌষ্ট্রইক | (প্রে) | শগোলশেম মোহেন্দ্রে | ০৩/১০/০৪ |
| ৬। | লৈবগে কন্দাযদা | (শৈরেং) | বাজেন খুমুকচম | ২১/১১/০৪ |
| ৭। | Entrepreneurship Development | (Gd Bk) | R K Gunachandra | 11/04/05 |
| ৮। | নুংশি শত্তম | (শৈরেং) | রাবিবম মৈনে সিংহ | ১২/০৬/০৫ |
| ৯। | মচুমচুগী সংসাব | (রাবা মচা) | বাজেন খুমুকচম | ০১/০৯/০৫ |
| ১০। | হৈবাং লৈবাং চিংগী লৈসিবত্তা | (প্রে) | হিজম শান্তিবালা দেবী | ০১/০১/০৬ |
| ১১। | লান খম্মু ইমা | (শৈরেং) | তেঞ্জম সর্বোজিনি চনু | ১৯/০১/০৬ |
| ১২। | লৈচম | (শৈরেং) | বাবুধন চিংঙ্গাখম | ০৮/০৬/০৬ |
| ১৩। | তেংথবোল | (শৈরেং) | জে: এস: কেন্সম | ০২/০১/০৬ |
| ১৪। | অমুব ফিগী আনোক | (রাবী মচা) | জে: এস: কেন্সম | ০৮/১০/০৬ |
| ১৫. | অচাইবা লৈ | (শৈরেং) | জে: এস: কোন্সম | জুন, ২০০৭ |
| ১৬. | তুম্রেদনা উজা ওসে | (শৈরেং) | জে: এস: কোন্সম | আগষ্ট, ২০০৭ |
| ১৭. | ইমাগী চামচ | (শৈরেং) | আব: কে: গুণচন্দ্র | ২১/৯/২০০৭ |
| ১৮. | নিঙ্গোল তেংথা | (শৈরেং) | এল: কিবনবালা | ১৩/৯/২০০৮ |
| ১৯. | পুক্নিংগী চেইবোল | (পাউরৌ পাউতাক) | আব: কে: গুণচন্দ্র | ১৩/৯/২০০৮ |
| ২০. | থৌনাগী মঙালদা মীনোক অমা | (রাবী মচা) | বাবুধন চীঙ্গাখম | সেপ্টেম্বর, ২০০৮ |
| ২১. | লৈ মচা মচা | (শৈরেং) | জে: এস: কোন্সম | সেপ্টেম্বর, ২০০৮ |
| ২২. | ইমাখোলগী খোমজিনবা রাবী মচা | (রাবী মচা) | ইমাখোল | ২৩/৮/২০০৯ |
| ২৩. | নুপী মচা মবি অমসুং নিংথৌ | (ফুঙ্গা বাবী) | খাঙেম্বম ইবেতোন | ২৩/৮/২০০৯ |
| ২৪. | পাউখোঙ শিংজু মথেল অমা | (শৈরেং) | কেশো সিং ইবেংবা | সেপ্টেম্বর, ২০০৯ |